# থাম্নগী শৈরেং

সম্পাদন তৌবা

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

মমল লুপা ২·৫০

# FOREWORD

"Thainagi Sheireng" is a compilation of prayers, eulogies, folk songs and the like in archaic Manipuri collected from the old lore. This is so to say an outline of the history of Manipuri poetry and it will help litterateurs present history of Manipuri Leterature.

**A. Minaketan Singh**
*President,*
Manipuri Sahitya Parisad & Head of the Department of Manipuri, D M. College, Imphal

*Imphal,*
the 15th Sept., '66.

# বাহৌদোক

মৈতৈ ময়েক অরিবদা ইতুনা লৈবা অরিবা লাইরিক মচা মচা খরা ওঝাশিংদগী ফংজতুনা "থায়নগী শৈরেং" কৌবা লাইরিক মচা অসি মৈতৈগী অরিবা লোন্দা শৈরেং ওইনা ফোঙদোকচবনি। লাইরিক অসি ওইনবা হোৎনবদা পণ্ডিত ৺নাঔরেমকপম দিনচন্দ্র সিংহ, পণ্ডিত শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ, সাহিত্যভূষণ রিসার্চ স্কোলার জবাহরলাল নেহরু ডান্স একাডেমী, পণ্ডিত শ্রীথোঙাম মাধব সিংহ, পণ্ডিত শ্রীখুমল্লম্বম য়াইমাসিং, থোংজাউগী ওঝা শ্রীখারাইবম দেবসিংহন-চিংবা ওঝাশিংনা পুকচেল চাউংগা লোয়ননা লাইরিক কয়া পীবিবদগী শৈরেং অসি পুথোকচবা ঙমজবনি। মাসিগীদমক পুকচেল চাউরবা ওঝাশিং অসিগী লম্মন তোঞ্জরবনি। ডি. এম. কলেজগী মণিপুরীগী হেড ওব দি ডিপার্টমেন্ট ওইরিবা প্রোফেসার শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহনা লাইরিক অসিগী ফোরৱর্ড অমা ইবিবগী তাইবুংঙোবু থাগচরি।

লাইরিক অসি ফোঙনবগীদমক মণিপুর সরকারনা গ্রাণ্ট খরা পীবিখি। গ্রাণ্ট অসি ফংজরমদ্রবদি লাইরিক অসি অসুক থুনা ফোঙবগী আশা লৈরম্লোইদবনি। লাইরিক অসি ফোঙতুনা এনা থঙজবা খরা ময়ামদা কৎচবা ঙমহনবিবগীদমক মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী কর্তৃপক্ষবু থাগচরি ইতি।

তাং ১৮ । ৮ । ৬৬ ইং।

শ্রীনিংথৌথোংজম খেলচন্দ্র সিংহ।

| মীরম | লামায় |
|---|---|
|  |

# থায়নগী শৈরেং

## য়াকৈবা

চীংগু খোইমোম লাইনিংথৌ
ঈশ্বুং ঙাল্লে য়াওল্লো.
হাওরৈ নোংপোক পাংবদ
সনা চীংদোম পোক্তগী
মশেক মঙান লোয়নন।
মঙাং শুক চাকয়ায়রে,
কোরৌ নোংদোন ঙাল্লকলে।
সনা হংজৈ য়েৎনশং
লুপা হংজৈ ওয়নশং।
ঙরাং লাইরেন নোংজাদা
সনা লুকথোং হাতুনা
ঈশ্বুং মঙচঙ তমথিবা
মঙতম মতম শুইরকলে।
লাতরেন লাবা য়াওল্লে।
হুয়থৌ লাবা চীকেঙলে
সনা কাঙখল লুংদগী
থরাক লৈনা হাইদোকলে
সনা য়ুথল কাঙজরে।

ময়িম মোইরাং মায়গৈদা
য়াকৈবা পোম্বী 'চেক্তি
মোমস্নু তালোয় মরুম্বী
অতোম্বীনা ওইখি 'চেক
লোক্তাক উথুম খোয়্নোচা
কূম্বী শোয়রেন য়াঙবীদা
চৈকলানা তুমতুম য়াকৈনৈ।
চেকলা খোঞ্জেন তাবদা
ময়ুম কেগে মোইরাংনা
ঈমুং ঙাল্লে খঙনখি।
ময়িম শেনবী ঔরাদা
য়াকৈবা চেকলা চাদি
শেনবীচা কবো শোংগ্রী
লোঙাকপীনা ওইখি 'চেক
চেকলা চাদি তেন্ন'না
ঈমুং শীঙখোঙ য়াকায়নৈ।
মৈতৈ পোইরৈ পুংসিদা
য়াকৈবা চেকলা চাদি
চরোয়না তেতু খোংনৈ;
থিংবাই নিংথৌ পাউহনচেক
হেন্বা মুবা পাউহনচেক

---

খোয়্নোচা—খোয়্নোবীচা।

# থায়নগী শৈরেং

ক্ষাকনা লানবাউ চেনবদা
ময়িম পোইরৈ মৈতৈনা
ঈমুং ঙাল্লে থঙনৈয়ে।
মরিংগী য়েনগোন মুংদা
কোকপ'চেক কাইরৈ চাদি
কাসা পাউতাক য়েনথাঙ্‌বা
লোইমোম ক্ষোগো য়েনমুবা
মচেঙ কাইরৈ ময়েঙ্গা
তৌবোম মানবা ঈরাৎয়েন
মুমিৎ সনা পুক্রময়েন
কাইরৈ য়েন অঙৌবমা
মুমিৎ নঙবু থোরকলো
থবী নঙবু কারকলো
অঙান নঙনা থোক্কগা
তরা চেঙথুন উদেদো
পুংজা থুদিং থোংব'চেক
ঈমুংবদা কেক্রেক কেক
ঈমুং ঙাল্লে থোংলকলে।
চীংঙু নঙবু য়াহৌরো।

## লারোল

চীংখোঙ পোইরৈতোন্না খুনথোকলা
পোইনাউতোন্না খুল্লিং লা
তকুপ তশেন লা
পোইরৈ তেরা লা
ষাংঙম পোংথো লা
খোইনাইজম খোইনাইওম্বা চম্নু
ছাইম্নু তেরা লৌথিবী
শাইগং পোলিবী য়েন্নখাপাউতাবীনা
খোয়নৌ ইতা ও
খোইনাইওম্বা চম্নু ও
থোংন্নাং মন্নাং চীং,
মন্নাং কপনীং চীং,
লিম্নু য়াঙতেক চীং,
কৈরাউ খাদা পানবা
চামলো লাবু লৈএ।
পুম্নুং ঈশম ফোয়না
চামলো লাচেন্নকশি ছায়রবদা
ছাইম্নু তেরা লৌথিবী
শাইগং পোলিবী য়েন্নখাপাউতাবীনা
খোয়নৌ ইতা ও
খোইনাইওম্বা চম্নু ও

খোংনাং মল্লাং চৌং,
মরাং ক্ষপনীং চৌং,
লিন্দু য়াঙতেক চৌং,
কৈরাউ থাদা পানবা
চামলৌ ঙাবু ফদৌনশিগে ?
কেপে নিগী চুথবা
মোইরাং নিগী ঙায়রবনা
অয়ুক য়াকি হৌনা
চামলৌ ঙা হেকপা
ঙমদরে হায়বগী দমক
কেপে মোইরাং খোরী
কৈথেনলেন্দা পানবা ঙা
ঙৌবী ঙা ঙৌবঙা
ঙা মুন্ ঙা
ঙা য়াই ঙা
পুম্নুং চংব্রী ঙকৈপাকপা
চামলৌ ঙাবু লৈয়ে।

---

# পাথংবা লাংয়েনশৈ

গুরু থৌজান মায়োকনা
থমোই লাইদা কংনদি
খুরুম গে সে।
সভা লেংনা তিনবশা
পুকনীং শেল্লোং নিক্তনা
তাবি ও সে।
অহন গুরু লাইওইবা
তুবী লাইরেন শৈদুবু
শকলক কে সে।
তুবী পাক্কন ফুংদগী
লাইরেন তাউরোইনাই 'দুবু
থোকলক লে সে।
চীরেন লাংয়েন তরেৎমা
মৈরা তন্দুম ওইনদি
ওাল্লক লে সে
সনা থম্বাল লৈওংনা
চোংলো মিংপু লংবদি
করিনো সে।
উনবী চক্কম ফুংদগী

*নিংথৌ ফম্বাল কাবদা সনাগী কৈরাক কাথংপদা শরুবা ঔশৈ।

লাইরেন তাউরোইনাই 'হুনে
হংকুনো সে।
তাউরোইনাইগী চক্ষম দা
মনা কম্বাল শাংলকপা
নীংথি রে সে।
মনা থম্বাল মথোঙদা
লাংয়েন তরেৎমা 'হুনা
থোগল লে সে।
থম্বাল লৈয়োন 'মু দগী
নিংথৌ শিদয়াই 'হুবু
য়েংলু সে সে।
নিংথৌ চোঙলেন খানবদু
খুনগী শলাই মচানা
শান্নরে সে।
মুংঙন মুংশি য়াইহুবু
কোরৌ নোংলোন 'থক্তগী
তারক লে সে।
মালেম লৈমা চাহনা
শমু খুৎপু থূম্নদি
য়াবিরে সে।
লৈমুং য়াবী রোক্তগী
চাখা মুয়োন য়াম্বীবু
তানকং লে লে।

কংলৈ পুংময়োন 'হুদি
তুবী লাংওন অহুমলক
হৌথিরে সে।
য়োইনা ওমদম হৌবীশা
মালেম লৈপাক লৈমবু
পুরুম সে সে।
লৈপাক লৈমা মথোজান
খোইমোম লাই লৈপাক্ মনা
হুংঙাই রে সে।
কুরুম চৌংগী হিদেন্দা
লাইজা ঈওান ওাল্লকপা
করি নো সে।
'তিয়া খোঙহৌ অহানবা
লাংয়েন তরেং অতুনে
হংগুনো সে।
তুবী য়েংইনোংতা 'হুবু
সায়া কোন্তা চঙ্নদি
য়োইনরে সে।
নিংথৌ শাম্বা মহিথেন
অরোং শঙলাংমৈ 'হুদা
কারকলে সে।
নিংথৌ সনা তরেংবা
লাংশঙ শঙলাং চান্দুদা

ঋাইথুংলে লে।
লাংগোই শগোল কারেদা
করি তেংথা শৈহৌবু
অসিনে সে।
থেনলেন অহুম মক্তগী
তুবী থুনঙম শৈহৌবু
অসিনে সে।
শুরু য়াথং অরেপ্পা
থম্মোই উপান ওইনবা
শকলক কে সে।
খোয়ুম নোংদম মখোজং'ন
রাকয়ৈ হৌবু ওইনদি
লাক্লগে সে।
ঈরিক কোংগোন 'ম্লু দগী
'তিয়া তেথোংক তোংশন্না
কাউগনো সে।
য়াইবী খুত্তা থ'ম্ববু
মুঙাই মরাং কংয়ববু
কাউগন্ন সে।
মৈদিংগু য়াংঙম শূমাংঙদা
শ্রীংঝেং মপান শারেদা
য়েংলুসে সে।
শ্রীংঝেং চাহু লৈনিদা

থংলেন হক্তা থানদি
　　　　　য়েংহৈদে সে।
নুপী য়াইবী শিওইরৈ
নমু লাংওন ভরেংমা
　　　　　শকলকে সে।
য়াইবী হৃমলেন মুংদগী
শকনা পানবা য়েন্দুদি
　　　　　করিনো সে।
নমু লাংওন শিওল্লে।
মীবু ওইনা পোকলবা
　　　　　অসিনে সে।
মে'মন্নু থাজা মায়োকলৈ
মুমিৎ মীংশু লৈনিদা
　　　　　হ গুনো সে।
হকচাং হৃমলেন মুংদগী
য়াইবী থরায় ওইবদি
　　　　　কারনো সে।
য়াওন লৈবু চিল্লকলে
গুরু সনা নখোঙখানা
　　　　　ভাকপি ও সে।
মালেম চিথেক মরিমা
মায়গৈ নীপান চঙলকপা
　　　　　মুংওল্লে সে।

লীকলাং পরেং লেংলকলে
শুংদাই তরা তরুকমা
চঙলকলে সে।
থাজা তুংইন চৎখিবা
লীংখায় ছুম্ফ, মাথোইমা
তাকপী ও সে।
য়াইবী থুকম হোংবগী
নমু য়াইবী নৈনিদা
হংগুনো সে।
ফুমিৎ লীংবুম গুনখিবা
থবী হান্না থোকলকপা
করিনো সে।
থবী হান্না থোকলকপা
নমু পোংবু ওইনদি
পোকলকলে সে।
নমু পোংবু ওইহনা
থরায় য়াইবী পীমাপা
অসিনে সে।
গুরু থৌজান মায়োক্না
থমোই উনবী ফুংহুদা
থুরুমগে সে।
থমোই থম্বাল ফুংহুদা
থাজা মার ওরুনদি
থুরুম গে সে।

থম্বাল লৈকা অহুম্না
লৈরাং লৈরীক মুংঙ্গুদা
যাভা সে সে।
ইমা লৈশ্রেন শিদবী
ফৈরা তাজিন থঙ্কুদা
রাইথুং সে সে।

---

## ফৌশু ঈশৈ

হয়ুম যানবা থৌদাংকোক
শীং চল্লকউ হায়রগা
ফৌ পুরকপা যানবা
নঙনা চাকপু হায়রগা
ফৌগাক চক্তিক নমথিবা
চাকপু শানা শীজগে।
নঙনা য়েঙ্গ্লাং হায়রগা
লফু য়েনগং থুমনমদবী
য়েঙ্গ্লাং শানা পীজগে।
নঙনা ঙাবু হায়রগা
খোংবান্দগী ঙাচকতো
ঙাবু শানা পীজগে
নঙনা থুম্বু হায়রগা
ফকলাংদগী লৈপাক তো।
থুম্বু শানা পীজগে।

# নোংলাউ ঈশৈ

নোং ও চুথরো
লাংজিন মত্তোন থূম্বহৎলো
পাশোর নুরাবী তাউথরো
উনম পাখ' থূঞ্জরো।
কৌবা কৌম্নু নোংও
লোইজীং লোইয়া নোংও
ঈরেং ঈখম নোংও
থংজিং কোয়রেন নোংও
য়াংত্রেন খানাচাউবা নোংও
শম্মুম মহার'বা নোংও
চীংথৈ নোংপোক নোংও
হাওকপ চীংশাং নোংও
থুনকম ঙাওজেং নোংও
লৈরী নোংলী হৌরো
লৈখোঙ নোংখোঙ নেমমো
কোরৌ খোংড্রুম খোংলকও
মালেম লৈবূরুম্বী লুমথৎলকও
লাইজঈথাবী নঙ থাবিরকও
লাইজঈথাইবা নঙ থাইথবিরকও।

# মৈ

চকমোম থাম্বী মৈঙ্রেংরাবা
মৈশূং মৈবা মৈ,
তেকতেক থৌছ মৈ
কম্বী নাউরৈ খুনা
খোইজু তোলোং মৈ
লৈখাম রাইবা মৈ
শরাং য়ুক্রৌ মৈ
পোইরৈ খুল্লিং মৈ
থাঙশুং মৈশেং মৈ
থৌছ নুংথং মৈ
পামেন তল্লাউরিংকোন খোম্নমৈ
ভাইবং নমু পোংয়োকমৈ
থাম্বী মৈবুন থাম্নমৈ
লমজাউ থাম্বী রায়নমৈ
থাঙভা লৈকাই পোইনমৈ
মৈরীক মৈজাউ য়াইওইমৈ!
চীংখোঙ পোইরৈতোম্না খুম্হোকচৈ
মর্তৈ লৈমা লৈনাউতাবীনা
ভাইবং খুল্লিং মৈ
অয়াংলৈমা লেমথোঙ মৈ
পুচেঙ কোকপা মৈ
লাংজেং থম্বা মৈ

চকপম্নবী কৃথি মৈ
হেমজোংম্নবী ফৃথা মৈ
চেগায় কাকুপ মৈ
চরূ তাংশোই মৈ
ভৌমু তৌহৌ মৈ
শীংগন নোংফাই মৈ
লম্ব্ ভুবু মৈ
তরেৎ লাইকম মৈ
হেম্বা পামচাক মৈ
শহু তেকচাক মৈ
থাজা উপীতরান মৈ
লমলেন কাচকপু
খাম্বী মৈ পীনৌও
হায়না নদাইরেমনা
মৈশূৎ থক থোং
শম্বোঙ মৈরিয়াইদা চন্না
খাম্বী মৈ নিজববু
কুবিও
খাম্বী পায়মা পীবুকম্নুং
হরাউ মথোই তোংবি-ও

# হিজন হিরাউ

চীংগু খোইয়ম লাইয়িংথৌ
খোইরুম য়াইবী এলহৌগী
অমম লৈশা হান্নকুপা ·
য়াইবী ওংথি তুমওইনা
খেরে মুংপোন তকুপহৌ
পুইদিং নোংথাঙ তরঙলেন
তরঙ লাইজা ঈপোকপা
(চীংগু) লিন্দাউ তাউবী ইরোইনাই
(তুবী) লাইরেন তাউরোই নাই;
নুঙগু শিদবা নুঙ্গাঙমহারাবা
য়াহবী নুংঙৌ পীমাবা
চীংগু কোরৌ অয়েংবা
য়াংবা নিংথৌ পাঞ্জুম্বা
তুপলা মপান থাবগী
হারা মউ লিংবগী
মিসেক মোংগাই মহুমহুং
পরিং লাংশং চন
উকাক মায়থোং য়াননা
মালেম লৈশেম লকপা
কোরৌ নোংহৌরকপা ইবুংঙো
কোরৌ নোংমদোন নুংনাং কাউথংকোন্দা
মালং মুংশিং শিদবনা

তোংঙ্গেন তপ্পা শীংপদা
চীংঙু য়াম্রা নখোঙ্গেন
লাংবন খোইমু খোন্দানবা
খে ঙ্গেন উং ময়েকখোকনা
নপোক খোইবা ষাল্লকপা
চীংঙু ইবুংঙো নঙ্গা
নশানৌ খোইমোম লাইরেম্মা
য়োইবু থুনলৈমা লনঙচাউবীগা
চীংঙু নতৈ ননাউনা
চীংঙু নঙগী ফম্বাল্লাং
মীরাই 'মনা চঙভমদবা
পোংল্যাই 'মনা য়োঙভমদবা
কিয়োং লাইশঙ অসিদা
চীংঙু নতৈ ননাউনা
ফমফম লবা অ'সদা
খোইমোম নঙগী নদাইরেম
নখুন থুনপুক অচঙবা
খুঙ্কক্তি মরাঙ কৌবা
থুনখাদি মনিন নাইবনা
তীঞ্জ লাইচা ফজুবা
তীনমু লাইমু ফজুববু
কোরৌ শুমিং শীবুমদি
হয়াউ শকশেম তম

থোঁথোক কুমৈববু ঈয়োং
শঙদিং ককে হায়রকলে।
লাইরেন মৈদিংঙুগী মদাইরেম
পোইরৈশেশকপা ৱাংঙম ভেংথাবনা
চোংঙু নঙগী অহিং
চীংমুং চী খোঙয়াকৈ 'চেকনা
অয়ুকতনা য়েন্দামাঙ অঙনবদা
লকুৎ কমজিংলাংবু কম
পেনা মু ঙোনববু থাদপম
চৈজিং য়েৎতা পায়না
চোংঙু ইবুংঙো নঙবু
হোরো হোরো হায়না
অহিং ঈমুংচী খোঙ য়াকৈবমুঙ,
চোংঙু থোদোনলোমগে হায়রকলে।
চোংঙু নঙগী নমাইবী
থাবী লৈরেন হন
অমাই শীংকোক কম্বীনা
শীংয়েন লৈহুন লোই
চামলৌ লাথা লোইনা
অয়ুক য়েন্দামাঙ অঙনবদা
চরৈ ফিঙৌ শেৎ
চোংঙু লাকথোং কানা

শঙদিং—ফি। চামলৌ—লা।

চংবী লারাক ক্ষম
শয়ীকলাইছুই খুত্তা পায়ছুনা
চীংগু উদবা মপালাক
খোইযুম খণ্ডবা মমিতমলছুনা
চীংগু লাইবাউ চেন
খোইযুম লাইরা হায়বস্তু
চীংগু খোদোললোমগে হায়রকলে।
চীংগু নরম্বু খোইযুমনমাইবা ঐখোয়না
মুমিদাং তাংলৌ লৈনাথেঙ
অমম তোনবা নারনশি
মীশন লাবনা কোনথিতম
মীনাইতনবনা য়ুমচঙ তমপুক্ষং
মীনাই লাবা লৌকাতম
লম্বীনাকী হামুনচারা লেপতমলৈবনা
চংগু লাইশ্র ই তম্বুকং
মানবী লৈপুং কোইজ্রউবনা
কাওবেন শনজ্রাইতম্বু ফ লকলবসিদা
মৈদঙ্গু লোইনাই খুম্বী
লমদাং অচৌবনা মুংলক্কবসিদা
হয়ি খুম্ন লা বচকভৈগী
ঙৈগ্রী য়াকমা খোল্লোনশৈ
কারৌনোংনা কাম্বরবস্তু নো দাইশৈ

মালেমলৈনা কায়ববস্ত লৈতাইশৈ
ঙৈগ্রী খোল্লোনথোক খেল্লো
পাউসারাইবু মতোল্লোমলকলবা অসিদা
চীংঙু খোইযুম নতৈবনাউনা
রাকয়ৈ অনী খাচীক্লা
তোংজেং অনী খাবাংননা
রাকয়ৈ হিদাঙগে হায়রকন্সে।
চীংঙু খোইয়ম লাইয়িংথৌগী
রাকয়ৈমখনেং তোংজেংমনুংচঙ অসিবু
রাকয়ৈ হিজিগাং নুংগী
শেন্দাং য়েন্থী মরিস্তে,
কুরাক শিতং মহুম
কৈনা শীংনা রাকয়ৈ
হি চিংথোক্কে হায়বগী
চীংঙু খোইযুম লাইয়িংথৌগীমদাইরেম
পাখং লাংজে মথোকলকপা নখোয়বু
নযু খোইয়ম লাইযিংথৌগী
রাকয়ৈমখনেং তোংজেংমনুংচঙ অসিবু
রাকয়ৈ হিজিগাং নুংদগী
খোইযুম কাংলৈ মশুমাং
অসিতঙয়ৌনবা হয়ামশা চিংথোকশে
হি হি হি
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মগীমদাইরেম

মুজা লাংজেংমথোকলকপীশিং নখোয়বু
নবেন খোইমোম লাইরেম্মগী
মাকয়েমখুনেৎ তোংজেংমনুংচঙ অসিবু
মাকয়ৈ হিজিগাং মুংদগী
শেন্দাং য়েনথী মরীনতেং
কুরাক শিতং মহুম
লৈনা পীৎনা মাকয়ৈ
হি চিংথোকশে হায়বগী
য়োইবু নদাইরেম মুজা
লাংজেংমথোকলকপীশিংবু লেংনা তিল্লকলে।
খোইমুম কংলৈ মশুমাং
অসিতংঙায়োনবা হয়ামশ। চিংথোকসে
হি হি হি॥
চীংঙ খোইমুম লাইয়িংথো
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা
নবিংঙাগী মাকয়ৈ নখুনেৎ
তোংজেং থমনৌনমুংচঙসিবু কনানা
হিদোং হাল্লকপনো হায়রবদি
লহান নোংগীবু লৈএ।
লহান্নোং ইমু মুংবান
হোঙমেম লুরাংনিংথো পুন্সিবনা
মোমহু তালোয় মরুপী
ঈরেম তাইদন লৈমা

মোইচচমুবু হোই থিঙৈদ।
মুপল থরৈ চমোইবনা
মমোমগী দমকপু লনউল্লকপা
নেম্বী অরায়বদি মুংদচন
চরৈ কি থুংশা
মাল্লৌঅচানবদি পান্দথোংনা লনউল্লকএ।
নেম্বী অতুনা মতোম
মখোক লোয়গে হায়রকলে।
মোয়ুতালোয় মরুম্বীগী দমকপু
হুয়েং পোইরৈচাদোন্না কাউদনবা
রাংঙম শূদোন্না নিন্দনববু
নেম্বী মতোম মপানফুরা
শীং থারমগে হায়না
থাঙলেন নাপন হাই
কজেং য়োংহকচন্না শীংথারম্মে
অদু নোংশীবু শীংথা
খন্দোমঈও তৌনা কৌএ।
শীংথাথোনমরক্তি অতুমুঙ মদোমদে।
লহাঙ্গোং কোরৌ খোংজোমবী
য়োইরুমলোন মুংথান চমু
খোয়নৌ মতা ভরুকমরু।
মশাবি মমানমচা হাওকুয়োইনাই
অতায়শোয়শেনবা চহুইওকরানবা ভরুকমকা।

কোয়ৌ নোঙ্গামিন্নসে হায়না
নেঙ্খৌ শীংনাং তাংতনববু
নোংল্লাইশীংবি মকু খোক
শীংনাং তাংগা থেকনা
কোয়ৌ নোংবুম মঙানি
শীংথানরম্মে অদু নোংগীবু
লমলেন লোল্লোই শীংমিৎথা
শীংথাখন্দোমঙীও তৌনা কৌএ।
শীথাখন্দোমঙীনা লাইজা মখিনাই
ইমু মঙাও হোৌরকলবদা
শাবন য়ুংবী মনমচাই
ল্লাংবন লাউথরকনা খোংবান
লোহখোং মরীল থন্না
লিল্ল কোন্না তাউ
ককচেং তৌদোন খোম
তাংজা ফৈনা লাম্না
লাইজা ইরেন পুংলকলবদা
নম্মু মুংবান হোঙনেম
লুরাং নিংথৌ পুর্নশিবনা
শাবন লম থোকপা
কোংলৌ লম য়েংবদা
লাইজা ইরেনপুংববু মিৎয়েংশানখৈরিঙৈদা
লাংবন কৌজেং চোংবিচান্না

চানা য়াদা চীকনা
লাইজা ঈরাল্লকপবু নয়ু
মুংবান হোঙনেম লুরাং
নিংথৌ পুন্সিবনা, মিৎয়েংশানখৈথিয়ে।
কোরৌ মুমিৎ 'মদি
লৌরাই য়ুপুংকোই য়ুনারেক
চিবা পাউনাইদবা মৈশাংবনসু
খিকলোয় তা'মা য়াদচীকনা
চিবা মমৈ ভোন্ন।
খুমু নৌগা ওইনা
লাইজা ঈরাল্লকপবু মিৎয়েংশানখৈরা
চেংলো মির্থিৎলা মিৎয়েংতেনপাল্লবগী
নয়ু মুংবান হৈঙনেম
লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা
পায়মা পিবুক্কুংদা নীংখনাখিয়ে।
মুংবান হোঙনেম লুরাং
নিংথৌ পুন্সিবা এমুঙ
তল্লা চাউথোক্কবা পামেন
রাংথোইববু হোই খিক্করবগা
মরাং উকু হন্না
রাকয়ৈ হি ওইরবদি
লাইজা ঈরান ভমভৈনে"
হায়না অমুম নীঙখল্লবগা

খিংলৌনীংনাত্তেনা মোংবা মরানয়ায়
মুংবান ময়ুমনাক্তা হলরাইর কলবগী
হে ইদাইরেম তনবা
মুংবান রাংমিৎখু খুৎহৈবা
লুরাং রাংমনাউ শিনহৈবা
নবিঙভাবু লাউ ও
ময়ু এগী রাকয়ৈইখুনেৎ
তোংজেং ইনুংচঙবু ওইনবা
কৌবা ইঙেনচীংদা কানা
তল্লা অঙনববু হোইথিরুও,
হান্না পাওমেন রাগী
ময়ু কোলোয় ময়াথংবু
কোরৌ নোংদা কাকদা
মালেম লৈদা তাফদবগী
তাঙজা লুদা থোংনা
মুংবান পাচা হুপ
লুরাং শল্লাই তিন্না
তরা চেঙজেন তম,
নোইমু থুমজেন লাও
লৈমলৈ ঙাচেন তম
থাঙজৌ খুৎতা শু
শীংজঙ লেংদা থোংনা
কৌবা চীংদা কানা

তল্লা অঙনবা চাউখোইবা
পামেন অরেম্বনু হোইথিরকপবু
কৌবা হিংলেন চৌংগী
চৌংশা নাপোম অরাংবগী
হুইথরকপা ঈরোক অশুপ্পা
তময়া লোকমায় হেনবদা
তল্লা রাংন্থু নমজাউথোইবা
খরোয় লুরাংবনা কাঙমদা
য়োংনাউ শাথিবনা তনঙমদবা
পামেন অরেম্বনু লমঙকুরবগী।
পামেন উখোং ফান্
লুংবান রাংমিৎথু থুংহৈবা
লুরাং রামনাউ শিলহৈবা
অনী মক্লা পাওমেল্লকএ
লুরা হমাইবা খোয়মমরম্বু
নখোযবু তল্লা মায়থঙবী
পামেন পাউ খোম্বররো
হায়বগী লুরাং মমাইবনা
থাঙলেন নাপন হাক
কজেং য়োংহুক চল্লা
চামলো লাগা থানা
শীলেন লৈহুন তৈ
তর চেঙেঙা ফাহাপ্পা

কাইরৈ য়েরুম কাংথিন্না
তাউজীং অশং য়েন
হৈরাঙ অমুনখন্না মায়খঙবিরবগা
সনা য়াইগা ছুন
লুপা কোনগা থানা
কোরৌ লন শারবগা
কাইরৈ য়েনহিং থানা
পামেন মমন তমলবগা
লুরাং মমাইবনা পাওমেল্লকএ
মুংবান রাংমিৎখু খুৎহৈব-ও
তল্লা উরাই থানা
পামেন মতীক হায়রো
হায়না পাউ তাকলবগী
লুরাং রাংমিৎখু খুৎহৈবনা
তল্লা নঙবু ননিঙনববু নীংকরোই
পামেন নপাম পামনববু পামকরোইএ
হায়না পামেন উরাই
হুকনা অসুম পাওমেল্লবগা
মুংবান রাংমিৎখু খুৎহৈবা
লুরাং রাংমনাউ শিনহৈবা
তনবা হাওশিঙমগচিংবা অনীমনা
মুংবান ইপা চা
লুরাং ইয়েন্নু শিংও

য়োয়ময়ায় লাইরেন তাউরোইনাই
মুমিৎ মতাং তেনখরে
হয়েং কৌবচীংলেন নোংগশোয়রবদা
পীংজও লৈত্তোই চন
পামেন উরু তৃপসে
লুরাং ইখোয়বু তময়া
লোকমায় অহেনবা অসিদা
ইরুম খাংপোক লৈনা
শানা কৌবা য়ায়রেকলসে
চীংগুং নোংগা ফাইখিসে
হায়না লুরাং মাখোয়গী
খাংপোক ঈয়া শগুদা
, থিংলোনীংনাত্তেনা হনরাইহৃনা য়ায়রেকখি
কৌবা চীগুং নোংফাইরিগেদা
অহিং ঈন্নুং শোয়য়ায়মদা
পলেম মমা শাৎমাবী
উপী উরেন পোকপী
মালেম তমপাক লৈরেনহনবী
চীংশাং নাপোম লৈমা
মলেম কাপতূ হুইরেন
য়াইমরু খোইরালেমরু মপানগী
হুইরেন মপান য়াইমরুবুওইনা
মালেম মপুং ফারকপী

চাংঙুং নোংথাঙ কুপ্পদা
চেংলৌ শকথোং ওইরকপী
ঈরোক লাইচন লৈমা
শাম্বা থাংথোং পোকপী
ফৈজা ফৈজৌ পোকপী
মপন পলেম মমানা
পামেল্ল রাংঙু নমথোইবা
তল্লা অরেম্ববু থীকলেন
থাদা কোননা পাওমেল্লকএ।
পারি তল্লা চাউথোইবা
পামেন রাংথোইবা নওবু
পলেম নমা এনা
নহান্নোং তল্লা নাউরানখুত্তে
পামেন হৈরাঙ চারি
নাত্তম তৌরকত্তেদা শাম্বা
ওইয়ো থা থোং ওইও
তনমু তলহাউ ওইগমু
শয়ি কুহি ওইযু
উপন লেংতা ওইযু
ফৈজা ফৈজৌ ওইযু
মিশি থাওয়ান ওইযু
হায়না পাওমেনববু ইবুংঙো
পলেম থৌতিক খোনবু

মাই রাচানদবগী মরমনা
তনমু তলহাও ওই
তল্লা রাংমু নমজাউথোইবা
খরোয় লুরাংবনা কাণ্ডমদা
য়োংনাউ শাথিবনা তনণ্ডমদবা
তল্লা উনিংথৌ নাচুম্ববু
লৈনা শানলোল্লকুবা নিগিনা
অসি নোংলেন নোংজাদা
মুংবান রাংমিৎথু থুৎহৈবা
লুরাং রাংমনাউ শিনহৈবা
মুংবান উ থিবা
লুরাং উ য়েংবনা
চেংলৌ মিৎথিৎলা মিৎয়েংতেনপাল্লহুনা
কোরৌ নোংলুপান অঙৌবনা
লুপা কোনগা চন
মালেম লৈস্না অঙাঙবনা
সনা য়াইগা চন
চংবী লাগা থা
চেঙেঙৌ ফা হাপ্প।
য়েরুম কাং খিন্না
হৈরাং অশং য়েন
তাউজাং অমুন খল্লহুনা
পারি ইবুংঙো নঙগী
তল্লা নমন হল্লমলে।

পামেন উরাই হুকলবুগী
ভল্লা ননিংনববু নীংকদরে
হয়েং কৌবাঈনুং শোয়রক
চীংলেন নোংগা ঙাল্লকলবদি
শীংজঙ লৈতোই চন
পামেন উক্ক তূপ
ভোংজুং নাউমৈ ককনা
লাইরেনশাংবা য়াতাগে হায়রঙৈনে
পলেম ইমানা কৌবা
ঈরোক লাইচম খূদিংদা
কোয়না মিৎয়েং শানথৈববু
তল্লা নঙুম্ববু শাৎতরিয়ে
ইমাদি তল্লা নমান্নবা
কনা য়েংনা পানথৌরসিবনো
পারি ইবুংঙো নঙবু
ইমানা অরাং খাবা
উল্লেন হীবু চঙহন্দা
মালং নোংশীং য়ৈহন্দা
খাম্বী মৈশা লাংহন্দনা
তল্লা চাউথোইবা নঙবু
নাউয়োকপদি শীংঙেন অয়েম্বা
লৈরাং অতিংঙাবু ওইরেদা
ইবুংঙো নঙবু ইমানা

তল্লা নর্তো করম্না
য়েংশিরনো হায়না পলেম
উপী উরেন পোকপী
মালেম তমপাক লৈরেনহনবী।
পলেম মমাদো মিৎস্না
থম্বান মানবা অনীমক্তা
তরঙ লাইজা মরাঙহো
পিরেম্ন থকমা তা
মিৎকোই লাইজা ঈকমতাউ
চীংজুন লাইজা ইকুৎথোকুম
কৌবা ঈ হৈথনগুম
কোরৌ নোংখোংবগুম মিকপথিয়ে।
মপন পম্বো নিংথো
কোরৌ নোং ওইবা
মালেম তমপাক লৈওইবা
ঈরোক নিংথো নিংথিবা
চীংশাং নিংথো অরেম্বা
তল্লা চাউথোইবা পামেন
অরেম্বা পোকপা মপানা
পারি তল্লা অঙনবা
পামেন অবেম্বা নঙবু
নপন পলেম থৌজিক
খোনবু রা চানদবগী

তল্লা ননিংনবু নঙনা
পামেন রাংম্নব্বা শানওল্লবগী
ঙুংবান রাংমিৎথু খুৎহৈবা
লুরাং রাংমনাউ শিনহৈবা
অনীমনা হাওশি ঙমগচিংনা
ঙুংবান পাচা হুপনা
পামেল উক্তুপক্কে হায়রে।
ইপম্মা পারি নমান্নবু
কনা য়েংনা পাংহৌরসিবনো
হায়না কোরৌ নোংলাউথোনঙম
মালেম লৈরাউ খোনগুম্না
মিৎকোই লাইজা ঈকমতাইনা
কৌবা ঈরোক লাইচম
নিম্না মপম্না মিকপলবগা
তল্লা চিংনা য়েংনা
মপম্না লনকু হৌরকলে।
পারি নঙবু হয়েং
ঙুংবান ময়ুম নাক
লুরাং মশাইকোনবু য়োরবদা
নকোক খোঙ্থুম লাইকোক্তা
নমৈ খোঙমোম লাইমৈতা
নথা শেনগা তোপ,
নঙুং খেবান লুপনা

মুংবান তীঙ্গা পৈনহি
নুরাং লাইজা তাম্নহি
লোইদাম হিয়াঙৈ কুমশা
হিবু ওইরুও হায়না
লনকুরমলবগা মপম অনীমনা
ইমুং কৌবা চৌংলেননোংগা
ঙাম্নকলবগী থিংলোনীংনাতেনা হলম্নাইখিরবদা
লাইরেম ঈগ্নং ঙম্নবদা
খা পোক ঈয়া শঙদগী
মুংবান মপাচা পুম্নহুপ
নুরাং শম্লাই তিম্না
পামেন উখোঙপায়না লেপ
তম্না উরু তুপ
পামেন উমৈ কক
মরাং উকু হন
উনৌ খোংজা শম
হিরি খোংজ নারেং
লোনগে তোগুম লকলবদা
নুরাং মাইবনা মাকেম
থিংলো কাওনা লমওক্লবগা
পামেন লুগা নাউগা
অনীমদা সনা য়াইগম্নন
লুপা কোনগা খানা

ছিরি খোংজি নারেংলোন
ওরি লীম্নাই নোঙ্গা
হোই শোনখরকপবু তঙ্গা
চাউখোইবনিঙ্গিনা পামেন চিংওমদরবগী
লুরাং রাংমিৎখু খুৎহৈবনা
পামেন লুদা তোং
তঙ্গা হোইথেম চৈ
পামেন উরাউ চৈবু
শমু খূৎতা শূনা
পামেন নঙবু ননিংফরোই
তঙ্গা নপামনববু পামকরোইএ।
নপন পলেম নমা
ঈরোক লাইচম লৈমা
মালেম কাপতু চুইরেন
য়াই মরুবু ওইহল্লিবীগা
নপন পঙো নিংথৌ
কোরৌ নোং ওইবা
মালেম তমপাক লৈওইবা
ঈরোক নিংথৌ নিংথিবা
নপম্না মিকপ্পবু তারুগুনো
ইম্ন স্নুংবান হোংনেম
লুরাং নিংথৌ পুনশিবনা
পামেন নঙবু মরাং

উকু হন্না মোংবা
য়ুমলেন শাইগং খাদা
কোরৌ নোংম্বা হিবু
য়ানগে হায়দে পামেন
ঊপাক তংখায় ওইনা
তুরেন মোংবা ঈবু
কৈনা থিংনা নমুপোংবু
চৎনগে হায়দে হায়না
পামেন মতিক থা
ঙল্লা মঙন্ হায়রবদা
পামেন মিংথা লাউনা
কৌবা ঈরোক লাইচমলান
চীংশা নাপোম শম্না
মুংবান ময়ুমনাক্তা য়াইথুংলরবদা
ইয়ু মুংবান তোঙবেম
লুরাং নিংথৌ পুনশিবনা
হাওাশ ঙমগা চিংনা
হাঙমৈ ফানফক লো,
ফেন্দন নাকলো থিন
হিংঙোন নাকলো শিন,
জমেন চিদাই খোম
মনুং খেবান লুপনা
য়াকমৈ হিশা লোইরবদা

নম্বু মুংবান হোঙনেম
লুম্বাং নিংথৌ পুনশিবনা
ম্বাকয়ে লুবু পায়
তোংজেং নাউবু নাম্না
পায়মা মুংদা নীংথনখিয়ে
ম্বাকয়ে ইখুনেৎ তোংজেং
ইমুংচঙ অসিবু ম্বাকয়ে
কনাবু হাম্না হিদোং
হানহনসিবনো হায়না নীংথম্নবগী
লহান মোংগীবু লৈয়ে
ইশাবি লুম্বাং পুদাংকোইখুৎকোইবনা
লোইরেম্ব খুনথী লোক্কা
মম্নান থৌ চৎপদা
নোংথি ঈমুম হৌববু
থোম্নমা মাম্ন ওক্নরবগী
কোরৌ অচু য়াঙমৃদা
ম্বাংবন অশা থাঙওমদরবগী
ঐদি কোরৌনোংনায়েংবা শা
মালেম লৈনানীংবা শাবু
ওইরগে হায়না শত্থু
মান্দে লৈনা ফোয়না
য়াওরৌ মতু ওইখিশা

লোংখুম নামৈ য়েপ্পনা
শরেন মনা ওইখিশা
পাখং শংগাই য়াইনম
মখূৎশুনা চীরেন তোম্পোকপবু
ওইখি শাবু লৈএ।
য়াওরো শানিগীসুং ইশাবিনে,
ইশাবিনা হুমিৎ হাল্লখভেও
খবি হাল্লা উইএ।
ইশাবিবু রাকৈয়েল্লুদা তোংহল্লো।
ইশাবিবু লাইজা ঈফাইচনগমে
খূদোপ ভাইজা য়েল্লীও
লৈকুমুশিনবিও লৈরাইখমখাংবিও তুরেললাতাউবিও
হায়না পাওমেন রাগী
নুরাং মমাইবনা লৈকুমুশিনাবি
লৈরাইখাম্বী তুরেল লাতাউবিরবদা
নমু হুংবান হোভনেম
নুরাং নিংথৌ পুনশিবনা
হুংবান ইপা চা
নুরাং ইয়েল্লু শিংও
লাইজা ঈনা রাংবরা
হায়ববু কম্বোংনানা রাংথোইএ
কম্বোংনানা রাংবরা হায়ববু
রাকৈ নুনা রাংথোইএ

হায়না পাওমেল্লবগা নয়ু
ঙুংবান হোঙনেম লুরাং
নিংথৌ পুন্সিবনা লমলেন
মদাইমা চেংলৈ লুরাংযি
তাকনা লৈরোং ঈ
থাউথুবা খুদম ঈ
থাওহনবা খাইদম ঈদা
কোরৌ মচি শোয়শেনযি
ঙাংবন মনাউ ভাইরোংযি
মমোম লাইপাক্ত তাউবী
লাইত্রি লাইশন থানবী
থীকলেন খোম্মুক হাংবীনা
মপারি লমবোং ঙাখিবা
ঈনফু তোলপা লং
ঈল্লেন থাকূপ হৌবা
লেমলৈ ঙাহা তানবা
লাক্করে তাযনা মিংকোয়
লাইজা ঈফম তাউনা
ঙুংশি খোং লমলেন
চেংলৈ লুরাং ঈদা
নয়ু ঙুংবান হোঙনেম
লুরাং নিংথৌ পুনশিবনা
মণিহৈবা পোংকম নৌ

ঈরাং শংশং থাইকবা
কনাম্বদি নৌচিন ভুমহৈবা
নৌদি পোংকম নৌ ১
কেগে মোইরাং শোংকিনৌবু
নৌরেন থাঙতপ লাকনা
ভনমু নাকন ফু
ইমু নমদা হুম্না,
হিয়াং কংদং থৈনা
পুম্নং লোইদাম কুমশাববু
চৌংঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
য়োয়বু খোইমেংম লাইরেম্মা
চৌংঙু নত্তে ননাউস্নুঙ
লোইদাম নকুমশাবু ফ লকলবগী
রাকয়ৈ অনী খজিকনা
তোংজেং অনী থবাংননা
রাকয়ৈ হিদাম্নগে হায়রকলেদা
চৌংঙু ঙ দা
হে খোইয়ম লাইয়িংথৌ ঙ।
চৌংঙু খোইয়ম লাইয়িংথৌ
য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মগী
মদাইরেম শিংঙ নথোয়বু
তনবা অকনবা নরাঙহৌ
মুজা অশোনবী নথিনাইনা

চীংগু মতৈ মনাউগী
রাকয়ে মথ্নেং তোংজেং
মমুংচঙ অসিবু লাইরেন
ঙাংঙোই য়োইমোংবা তুশাকোন
ইমোইনু অহোংবী তুতেংকোন
তুরেন লাইজা ঈপাকথক্তা
হন্নামশা চিংথোকশে
হি হি হি।
হা হিও হিও
হি নঙবু হোন্দেদা
থোয়ম লাইয়িংথৌবু হোনবনে
হিও শমজেং করেংঙা
হা হিও হিও
হি নঙবু হোন্দেনা
য়োয়বু লাইরেম্মবু হোনবনি
হিও শমজেং করেংঙা।।

# অহোঙ লোন

হেহৌ হেহৌ হেহৌ
হোঙনেমলো হোঙনেমলো
হোঙনেমসে হোঙনেমসে
লমলেনমদা হোঙনেম্বা,
মদাইমদা হোঙনেম্বা
কংলৈয়োন্দা হোঙনেম্বা
পুংময়োন্দা হোঙনেম্বা
খোয়মথৌবু হোঙনেম্বা
লাইথিংথৌবু হোঙনেম্বা,
লাইরেনযাইনা ননোংয়াইনা হোঙনেম্বা
লৌশলাইরেম্মা নিংথৌবেল্না হোঙনেম্বা
লোইদাংগীদি থ্বা কাউদনা
লাংইগীদি বু কউদনা হোঙনেম্বা
খোংইরমপুগা লাইরমপুগা হোঙনেম্বা
শঙ্গেনগীদি তেংমাংথিনবা অহম্মক্কা
খংবিগীদি য়োমলোত চৌনা
তশৈগীদি থোঙফাংলোংনা
কোবা কানা লংকথোং কানা
চীংগুরাইনা হোঙনেম্বা
থোংবান রংইনা হোঙনেম্বা
থা যিগীদি খোংজ্রোম্বা মগুমখং
সোরা বাইরো পানবা মনাস্থম

ম্লানামানবী তেমথাস্থম
তেংনামানবী কৌথস্থম
হুয়ুমতোনবা শৈহৌস্থং
তোনবালীকলাই শৈথুমস্থম
ছুয়েনগীদি লাম্নিগীদি
পানবা কৈয়েকলাদি থাগথা
শওম থরাইতাংদি থকথোং
হাওস্থ তোনসন লাংমৈস্থদি ম্লাইদাচম
স্থমলেনগীদি মায়পাকপদা
নুরাহৌনা য়োমলোইহৌনা
পাথংগীদি য়োমদাংশাংনা
শেল্লোইগীদ লংমাইনিংথৌ চস্থ
কৈমকোনশংস্থ শাফবীবু
থরাগীদি স্তুবৈশঙবু
চুনবী মপারি
চেগাইমকারাবা লনাশংশূক
লাংবনগীদ উয়ুশূক
শয়িগীদি কুহিশূক
শূকমুগীদি তোনতাংবদা
শরীকথাংনা খিংখিংথাংনা
শূকতোনগীদি লংমাইথাংনা
পামেন রাতনা থাঙতপ রাইনা
শূকনীং কাওনা মোইনীং কাওনা

লোইমোম হুনা কুরোনহুনা
মংখারাদা হেনেমগীদি
চেঙ্গাতান্না মায়ঙৌতান্না
পামেনগীদি থোয়দিংলাদা
তন্নাগীদি থৈঙালাদা
উমুল'দা তাংমালাদা
হৈতৌগীদি মংখারাদা
হুয়েনগীদি লাম্নিগীদি
হাওম্নমুবু তম্নমুবা
পম্লোইমুবু শাফবীবু
ফানালাদা য়াংকোকলাদা
কানমলাদা লোইমোম ফৌদি
তুংদাইন তরা চেঙদি
মাঙদা ইন্না য়াম্বীতান্না
লোইমোম ফৌদি তুংদাইন
তরা চেঙদি মাঙদা ইন্না
য়াম্বীতান্না মায়ঙৌতান্না
খোয়মথোবু হোঙনেম্বা
লাইরিংথোবু হোঙনেম্বা
শঙলেনগীদি তেংমাইথিনবা অহুম্মক্না
খোয়মগীদি লাইথোঙ হাংনা
কৌবা কানা লাকথোং ফানা
চীংঙু রাইনা থোংবানরাইনা

খোয়মগীদি লাইরমইন্না
লাইরেনয়াইনা ননোংয়াইনা
পোইরৈ হৌনা খুঙ্গা হৌনা
ভয়ুম হৌনা নাইচা হৌনা
খোয়মথোবু হোঙনেম্বা
লাইয়িংথোবু হোঙনেম্বা
তরালেমনা চেঙবানলেম্না
লোইমোমলেম্না কৌবান লেমনা
শীংলেন লেমনা লৈপানলেমনা
খোইমোমথোবু হোঙনেম্বা
লাইনিংথোবু হোঙনেম্বা
চীংঙুগীদি নরনকুবু
খোইমোমগীদি নথোঙ্জানবু
পোইরৈননববু খুঙ্গাওননববু
রাঙম্নববু খুনগোঙননববু
লাইরেনয়াইদি ননোংয়ায়দি
লীকলাইরেন্দি নোংথোরেন্দি
খোইমোমখাদা সনাখাদা
নখোঙখাদা লাইরেনয়াইনা
ননোংয়ায়না লীকলাইরেম্না
নিংথোরেম্না খোইমোমথোদা
লাইয়িংথোদা ননোংয়ায়গা
ম্নোয়বুবীগা তম্বাবিগা

মৈত্রেমাগা চীংগু রাইনা
থোংবানরাইমা কোরৌলেমনা
লনশালেম্না রাংবনলেম্না
পাউগালেম্না নোংনা তোক্লবদা
চমদমতোক্লবদা চীংগু চীংচানথা
নথৌজাল্না লাইরেনরাইনা
ননোংয়ায়না লীকলাইরেন্না
নিংথৌরেন্না মযুম্লৈবু
হোঙনেমলৈবু লৈপুনশিবু
ইরানলৈবু কোনশিল্লমগে
মংকোনথোক্কী কোল্লো
হোঙনেমলো হোঙনেমসে।

---

## অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল বাল্মীকমুনিগী বন্দা লবনা ফাবগী মতাং

কোরৌ মুমিৎ অমাদ
বাল্মীক মুনি মরানয়ায়বু
নাতৈননা শগোল চাক্তাখিববু
য়োয়বু সীতা মপারি
মুনি মরানযায়দা নাউনৌখা

---

মরানয়ায়—মুম। নাউনৌব—পাকপ।

লব নাউরা অপিশা
শর মতিক লৈবনা
পুন্নুং চংবী লাকোনলক্তা
চংবী লারাক শেংনা
লাংগোই মঙম শাবু
হুন্না কোল্লোই থুরবগা
লাংগোই শায়াঙ তোং
মালং মুংশিং চৈরোয়ননা
খূরুপ মানবন হৌ
হুমাং লোকয়িচেন্না শান্নঙম্ববু
শক্রম্ন অথৌবনা চেংলৌমিংখিংলবগী
কঙ্গাউ মখৈ লৈতনা
হুয়েন লান শেংক্লববু
লব নাউরা অপিশনা
শক্রম্ন মায়য়োক য়ানা
রায়রা তেনরংয় লোকপবু
তেনকাপ থৌওইদনা শোক্লববু
শক্রম্ন শমু মহকসাংদা
তেনপান ভুখোঙলোইনা পাল্লবগী
অঙাং নাউরা মায়য়োকয়াঙমদনা
অরা মখৈ লৈতরবগী
উনবী পুকনীং চঙনা

---

পুন্নুং—লম্ফ। লাংগোই মঙমশা—ষজ্ঞী শগোল। চেংলৌ মিংখিংলকী—উরবগী।

ৱায়ৱা তেঙ্গা লহান
মথৱা ৱাবণ হিংচাববু
নোংমন্নবা তেনবী অথোববু
লীরি তেঙ্গা থোং,
সঙ্কান পান্দম য়েংনা
ৱাযৱা তেন কাপলকপবু
লব মহকসাং নিংথিবদা
তেনপান ভুখোঙ লোইরবগী
মালেম লৈদা ওন্ন'
ভুরিভৈদা শক্রুৱু অথোবনা
অচেন খংলৈ য়াঙনা
শমু খূৎনা লাকনা
কারবগা শমু ভুংপুন্ন
পরৈ লানগা শানা
শমলাংতৈরনবা শয়েং পানগলাকনা
ফুলাই রথ মথম্ভু
হাপনা পুখরে হায়দবর' ?

রামায়ণ উত্তরকাণ্ড ।



# কৃত্তিবাসী রামায়ণগী মতাং অমা

জয় রাইকরেন রাইকথোইবা।

রঘুবংশ শাগৈ পূন্নমকী
লাইপক খেন্নাই থোঙদা
শীংলেন চন্দনশৈবু ওইনরিবা
চীংঙু লীকলাং সুমেক,
দশরথ নিংথৌ মপারি
দাশরথি অহেনবা
পলেম মমা পোকমাবী
সতী কৌশল্যা অহেনবীনা
আনন্দ মুঙাইনবা।
চেংলৌ মিংকোই থোংবু
থম্বাল লৈঙাঙ লৈগুম্বা
শিদবদি খোইয়ুম লাইরিংথৌ
চীংঙু নতীক অরুববু
সমুদ্র ইরেন পুংগুম্বা
দ্বিজ বামণ পূন্নমক্কা
দয়া খোজান হৈবা
রাজা নিংথৌরেন সত্যরাচুমশূবা
শ্যাম শংবান্নবা
শান্ত পূকনীং তপ্পা
সংসার পূন্নমকনা পুক্রম্নবা
হরি খোইয়ুম লাইরিংথৌও

রাবণ নিংথৌরেনগী। বৈরিয়েন্না
চীংঙু রঘু রামনামুংবা
সনা নখোঙ থাদা
রামরাম শোন্না পুক্নমগে।

লঙ্কা কাণ্ড।

---

## ( শ্রীরামবু নাগপাশনা পুল্লব্দা )
## সুগ্রীবনা তেংথাবা

রাজা সুগ্রীব নিংথৌনা
হে ইবুংঙু। রামচন্দ্র থোইখোইবা-ও
খোঙমোম সনা নয়াথংবু
তয়ম লুদা থোংনা
নদাঙহেম দিক মায়কৈপূম্নমক্তগী
থ্বা যেংয়াম থোন্না
লঙ্কা লানশোক্লবা অসিদা
লানফম সৈনাই নংনা
লিল্লা থৌরি কোকওমদবা
অসিবু করি রানো ?
বানর য়োংনিংথৌ ঐস্তুঙ
থোয়ম লাইবক থীরে ;
কিংকিন্ধ্যা রাজ্য ইরৈপাক্তপু

নিংথৌ চাকচা পুন্নমকপু
শমু নমদা হুন্না
থুন্নক ওন্না চাকনিরগে
হায়না পিরেম থকমাতানা
মালেম লৈদা ওন,
মথূং লরাইনম্না মিকপলে।

লঙ্কা কাণ্ড

## পরিক্ষীৎ

কোরৌ কুমিং 'মাদা
থায়না লহান নোং
হ'য়ৈগুদা প্রাণ্ডু নিংথৌ
থায়াত কোন্দাং লোনবনা
য়াওরৌ শ তানবতুগুম্বু
রাজা পরিক্ষীৎ নিংথৌরেম্মচিংনা
সেনা লানমী পুন্নহুপ,
নমু য়োমলোই হৌ,
পুন্নুং লানপোৎ শেৎ,
শঙদিং লান্নে থেমনা
খোয়মা নারক চৎ,
য়াওরৌ শান্নাম হাৎ,

লাবা ঈশোক লোন
থাম্বী মৈ নোংখোং
মৈরি পল ওইননা
শাফম চিথেক মরিমতা
য়াওরো শারিং য়ান,
শারেন কোনথোক লোয়া,
থাম্বী মৈশা তানববু
নিংথৌ মমাঙ শংশংবদা
য়াওরো শা নুরা
মমোম শায়াম পাই,
শঙাই পিরেন শানা
য়াওরো পন ভুমখিববু
নিংথৌ মিৎয়েংশানখৈরবগী দমক
পরিক্ষীৎ নিংথৌ পাংগনবদি
লৌরী থম্মোই তিং
লকা' তেনমৈ লাকনা
তেন্থাখিবদি লহান মযু
পার্থ অর্জুন তেনহৈবগী
থিংলো ফমহো শাবু
নোংপোক মহাদেবনা শারেনপী
চফম কাওনা রায়রা
তেন পানখিবা ভুগুম্ববু
য়াওরো চফম লেংনা

ভেনবানখিবগী য়াওরো তাইথানবা
শারেন খুতোই ছন
মিরেন থাবু খং,
য়াওরো ছুক চেন্না
শারেন পন ঙমখিরবগী
য়াজা পরিক্ষীৎ নিংথৌরেনসুঙ
শারেন তুংয়িন তান্না
য়াওরো খোঙ্গুন লৌখিববু
চীংঙ বিখি নোংদম্বনা
খোয়মা লম্মুক্রবগী দমক
য়াওরো খোঙখুন তংলে।

## চায়নরোন

লমলেন য়ারা খোংদা
চায়না খোঙফেম্নববু লৈএ।
নোংয়ায় খোংবুরাইমুচা অথৌবা
ঙনবা মীখন থাই;
কাওরেন মপাঙাম্বা শনুগুম্বা
মরোয় মাকপিত্তিং হাওমিয়াচাগা
লমলেন রায়া খোংবু
লম লোক্তে হায়না
চুঙ লোঙ ঙক্কইক

খোকলাং তুং শোম্মা
খেরে মাস্ত ইম্মনা
মরান খৌ চংলকপদা
কেগে মোইরাং খোয়রিত্তোঙ্গাউশু
মদোম তনবা মীখনখাই
মানবী মতুপহাংবা শনগুঙ্গা
কেপে মরোয় খোয়রীলমশিংবগা
লমলেন য়াম্বা খোংবু
লমলোকে লোইরাং লমচনগে
মরোং চেপ ম্লাম্মা
খোকলাং তুং শোম্মা
খেরে মাঙ ইম্মনা
লমলেন য়াম্ব খোংদা লমওক্লুরে
পাখৌ ইবিংঙাদি ইদোম
তনবা মীখনখাই মখেন্নে।
অসি কোরৌ স্নামংমদি
চায়না খোঙ ফেন্নখিশ্রে;
নপা ইপা লাইনা
ম্বা চুমসনো ঙমদবনা
খমলৈ কূম অমনতা,
অওম্বনা লমলেন ম্বারাখোংবু
লম চনসে হাম্বনা
ছয়েন লান শীংনখিয়ে।

৬

ভানবা মতুপ হাঙবা

কাওরেন মপাতাম্বা শনগুম্বামশেন্নিগিনা

খোয়মুা মমায় ওন্দা।

ঙ্কামজেং মনম মুরুদখিয়ে ।

কেগে মোইরাং খে'ম্ররীভোঙ্গাউশূনা

তিমেন মন্নুং চঙবু

খূবাক তিল্লাই মেন,

খোকলাং পম শীংনা

লাবা খোঙফম লৈদথীন্,

চীনবান কে'ইহৌ নান্

হকচাং চেপচেপ লোইখোইননা

তিমেন তা হুনখিববু

খোয়মা লাংদোম শমনা

শোয়রেন ফূমমি তুনা

তিমেন তা পাল্লে।

নোংম্নায় খোংবু রাইমুচানা

খূবাক তিল্লাই মেন্না

তিমেন মতাচাবু কেল্লবদি

ককলু শেংজৌ লংনা

মালেম লৈকং তুরে।

শেল্লোই মপাতাউ অনীমক্তি

পাম্বা কৈজংলাংগুম্বা মশেন্নিগিনা

নোংম্নায় খোংবুরাইমুচাবা পাওমেল্লকএ।

পাখৌ খোইরীতোঙ্গাউশূ-ও
খোকলাং পম শীংনবগী
তিমেন ত্তা পান্দবসিদি
উনবী পূকনীং পেনকাম্ভরিয়ে,
শমু খূৎনা কংনা
হাওমূকনা লেংকাই চনখিসে
হায়না তৈন শীংনখিয়ে।
তনবা মীথনখাই অনীমক্তি
শারেন নোংশা লাল্লাউখোনগুম
শমু খূৎনফংনা ল'ক্লরে।
মোংবা তাজীনখুরৌ য়েৎনরবদা
কেগে মরোয় খোয়রীলমাশং
পাম্নমা লৌশিং ফবা
চেংলৌ মিৎনা য়েং
শমু খূৎনা থিন্না
লোম্না পাঙ্ত তাকখিয়ে।
য়াম্মা খোয়রীতোঙ্গাউশূ ও
অসাইতৈ রা' হায়নববু
থৌ কাউবস্রা কাউগুনো।
চরৈ ফিগোন ম্নগী
নঙগী পখৌ শানকো'দববু।
কেগে খোয়রী অথৌবনা
নোংয়ায় খোংবূ রাইমুচাবু

য়ারেন খোঙথৈ তোঙ্গা
মহাক ফংনা চীকখায়রে
চীকপী ও খোম্লৈএ।
লাউনা খোংনা শিরে
রাইখোং ও খোম্লৈএ।
অহু নোংগীবু খোংবু
রাইনুচা নোংমন রাই,
খোংবু রাইনুচাগী মরোয়
মার্কপিতিং হাওময়া চাদি
পিরেম থরুকুনা ফুংশিচীং
কেগে খোয়রী তোঙ্গাউশূদি,
রাইখোং লমচন লম,
মরোয় খোয়রী লমশিং অশিংবদি
খোদোংচীংও তৌনা কৌএ।
কেগে খোয়রী অখোবনা
নোংয়ায় খোংবু রাইনুচাবু
জুরক কাঙদৈ থি
খৌনাউ লেম্বোঙ লেন,
থাঙলেন চেপ্পা চন,
তৌথোপ খন থংনা
লালু পোম্লেম হংম্বা
মরোয় কেগে খোয়রী
লমশিং অশিংবগা ভাইরোইবনা

মোইরাং মপা লমদা
অমবা মচী হেন
লাবা মরাইলাংবা হলম্বাইর কএ

---

## কুমদমশৈ

নোং পাখংগী মপারি
নোংলোন কোরো হনববু
খুকম গে দে ।
পস্থৌশিংগী যাঙ মরু
য়াইবী তাংগা পীমাপা
খুয়া থখান তেন্দ্রবু
খুরুমগে দে ।
অসন গুরু লাংজইনা
তুনী লাইরেন শৈন্দ্রবু
শকলক কে দে ।
খাবাংনবা লেপলি ভৈ
মায়ক্লোক পাশী খোংববু
উশরা দে ।
চেংলো মিংকী মথক্তা
মন্থু লাই শিদবন্থবু
কদায়নো দে ।

মঙ্গু লাই শিদবতুদি
লাইরেন তাউরোইনাই 'তুনা
কোয়রিরে দে।
তুবী পাকন মুংদগী
লাইরেন তাউরোইনাই 'তুবু
থোকললে দে।
তাউরোইনাইগী চকম দা
সনা থম্বাল শাংলকপা
নীংথিরে দে।
সনা থম্বাল লৈওইনা
চেংলৌ মিৎপু লাংবদি
করিনো দে।
থম্বাল লৈয়োন মুংদগী
নিংথৌ শিদব 'তুবু
থোকললএ দে।
নিংথৌ চোঙলেন খাল্লকলে
খুনবী শল্লাই তরেৎমা
চান্নরে দে।
মুংওন মুংশি খঙনয়াই
কোরৌ নোংদোন থক্তগী
থারকলে দে।
মালেম লৈপাক লৈমনা
শমু খুৎপু থুম্নদি
য়াজরে দে।

লৈপাক লৈমা মথোঙ্গান
সোরারেন লাই লৈপাকুম্বা
মুংঙাইরে দে।
য়োয়বু শীংচা কোনথিনয়াই
খুনুং য়োইচা লাইহুগা
খুরুমগে দে।
চীংগু ইতম চাউবী
হুম্বু নায়েং শুবীমুঙ
খুরুমগে দে।
হে খোইমোম লাইয়িংথৌ
পোইরৈ লোইদাম ওইববু
কুমশারে দে।
পুশুম থক্তা য়াহিপ্পা
তোকমু মিনম লৌহুনা
ফংদরে দে।
কাওফৈ থক্কী লাকয়েঙ্গে
কে'রৌ নোং 'মাতংবু
লাইশেংএ দে।
য়াতোন থক্তা য়াহিপঙৈ
লমকামশা থিনকাম তেন্দুনা
কামথরে দে।
তুরৈ থোংগী চেনফদে
শারেন হিংসোঙ শায়নবু
য়াওজরে দে।

নোংভা য়াঙনা শেংকিরে
লৈপ্লুং য়িম্বী পায়নবু
পাউথেমলে দে।
চীংভু য়াইথোঙ য়ায়েনবা
ভাইবঙ পানমা থোইবদা
খুনথোক সে দে।
ভাইবঙ শীংলেন য়েন্তপায়
খমুং লৈদি ওয়দশু
লৈয়েংনরে দে।
শীঙলেন লোঙমা থোইবা
কোম্বী মুচু নীকপনা
হেনথোইয়ে দে।
ভাইবঙ পানমা থোইয়িকুম
খমুং কংলৈ পুংফারে
থোকফরোই দে।
শানৌ চীংথোঙ পোইরৈতোন
ভাইবঙ পানমা থোইবদা
খুনথোকলকও দে।
শঙবায় লোন্দাম্বা লৌকুমা
ইতোম পাংশোই নীকইদা
পাউখুম্মে দে।
য়াইথোঙ তাম্লোয় অতোম্বী
নশাবি লৈমা লৈহমু
চেন্নখিও দে।

## খায়নশী শৈরেং

খন্নুং থাপী হাইবনা
ভাইবঙ কোইচা অপাকপা
হুইপীরে দে।
লৈনাউ তাবী ভাইরোম্বা
পোইনাউতা খুনকাও খা'হুবু
কংলকলে দে।
খোংচোন নুপী লৈতারে
হাওকু মমান মচাগা
ওক্লরে দে।
কুমচীন লৈনৌ পূকল্লরে
শীংলেন লমহাই নাইনদি
কুমওইরে দে।
তৌকাই খুন থোকলত্রুনা
নোংদা লয়োন হুম্নবু
চোংলকলে দে।
সোরারেন ইমু খনগল্লে
থাংবা নিংথৌ ঈথাকুম
অসিনে দে।
কুমজীন ঈনৌ তারকলে
ভল্লা য়েন্নীং শৌবনা
পূকহুরে দে।
পামেন নাপু ফারকলে
মাল্লং খেস্তৌ হৌবনা
নীংথিরে দে।

খাকপা মিংখৌ নোংখাকলে
য়াঙবন চুপ্লেশাং 'ছবু
পান্দমলে দে।
চীংয়া উরৈ শংলকলে
পামেন চাংহাউ মপাম্পা
নীংথিরে দে।
পোনবী লমগাই নাইরকলে
হগু ভংঙা ঙইবনা
সুংওল্লে দে।
কোয়রেন য়াইরেন মিংথোংবৈ
য়াইথাঙ ঙাংঙনা শাবনা
লমঙাল্লে দে।
চৈরৈ লুখাঙ তপ্তাইরৈ
থোপ্পা ওরৈ ঙানবনা
নীংথিরে দে।
চক্লোক সেকচুম ঈতুনা
মালেম নৈকক চঙনদি
তাইশিল্লে দে।
য়াইখাঙ চাপ কৈছুনা
চক্ল তাংশোই পুম্নদি
লৈওইরে দে।
উংকুন নোংবৈ হৌরকলে
হৈনা য়াংছু য়াম্নদি
কুমশারে দে।

লাংলেন শোইরেন হুমকলে
নমু পোংলেপ ফানদি
চাউরকলে দে।

কোওয়াং রাকাক কেম্নকলে
লোকলৌ কুয়োম লাতুনা
লৈতারে দে।

চাকম্না কম্বোং নানৌহুন
কোম্বী শৌচীন লোম্নদি
নীংখিরে দে।

শাপন লৈরি থেনপানফা
লাংনা শমথোম ফাবনা
কুমহৌরে দে।

কুমজা হারেং নৌহৌরে
তাইবও ঔরাম লৈছুদি
হুনফদে দে।

নমু মী হকসাংশিবু
কোনমন ঔরাই ওজুম্না
মহৌখিয়ে দে।

থাওয়ি পাইওন কোংথনবা
পুচা লুকনা পেকণোকপা
পান্দমনে দে।

লোইমোম চনীং ফংবদি
পোইমু চাকা তমতুনা
হাপহোয়ে দে।

তাইবঙ পুনশি ঈরানলৈ
থী লৌ নীংনা তেনদি
হনক.দ দে।
পীবুক মুংপী লৈতানোং
খমলৈ কুম্বা শীংথারে
কল্লকএ দে।
নোংপুম থূদিং মাঙখিয়ে
য়াইথোঙ শীংদা চল্লিবা
পামুইএ দে।
য়োয়মা য়াইনা চুপখিবা
হুমিং খুংচেং লাক্লদি
খামফদে দে।
লোইদাম থাজ শিখিবা
থোঙ লেন্না পৌরোম্নদি
ভাকভমদে দে।
পূকনীং অপেন তানগুনো
পারি ভাই লোয়নকদে
করিনো দে।
মরন অপাম খনফরোই
লাংগোই শগোল তোংকদে
ওংথোকএ দে।
লৈমুং পোইনাউতা 'হুনা
শিদা হৈবু থিরম্বা
খঙলমদে দে।

অরা লৌচেন পোৎকুমনা
অয়ম নাই শমশাংহুনা
শিনফদে।
নোংমা খাতা পাল্লিঙৈ
থোঙ্জান পূক মান্নবনা
সুংঙাইনয়ে দে।
লৈনেৎ থক্তা ওঙলিঙৈ
চীললেঙ খূৎথী য়াহুনা
ফত্তনয়ে দে।
নাপন ময়াই কাবনা
লাইজ থকফেন পান্দমনে
তৌগুনো দে।
পোং ওইবগী লাংসিবু
মিংকূপ থদিং লাংথারি
খংঙমদে দে।
লাংশক মিৎযেং শানথৈদে
মুঙ্গা শকপাম য়াহ্দো
লাথুনয়ে দে।
শিনা লাংবু শমগুংনো
খমঙুং য়ারক চাউবনে
খঙজ-ও দে।
মীনম লাংবু তৌগুনো
য়াচুম মিৎয়েং থোবনা
উঙৈনে দে।

রাচুম লাইনীং কাউশলো
য়াইবী লাংওন খিববু
খঙলৌরোই দে।

থরায় পোনবী পান্জমনে
চেকলা পাইখিবা 'হুনা
হানগনে দে।

থাম্ফ দবা থরায়নে
তৌশং ঈশুম লাংওনবা
খঙলৌদে দে।

তাইবঙ পান্নে খঙহমদে।
থমৈল পাউথেম তাইরিবৈ
রাচুমন দে।

চৈওন খুদিঙ হনলৌয়ে
পুনশি ঈরান লৈত্রাদ
হনফদে দে।

লোইদাম থাশুঙ ওনলৌএ
শরু লুত্তোং লৈত্রদি
ওনফদে দে।

খোয়থাউ লীগী ইরকপা
লাইনীং শাজেম চেৎপদি
খোইখোই দে।

তুবান শাগুম পোকলবা

পনখোঁ ঈছন নোংগীবে
কোকফরোক্ট দে।

খোঙমোম লাইগী মতীক্তি
পোংগীক মখৈ ফংবদা
ফজুনয়ে দে।

লিল্ল' চুয়াট কাবাদি
লাইশোন হীদাক হৈবনা
চৈরংএ দে।

মমু লিনজেন চুহুদি
লাইশোন হীদাক চঙকদে
ওন্থোকএ দে।

লিনজেন রাপৈ লৈভবা
য়াইবী থরাৱ খঙবনা
য়াইফনয়ে দে।

য়েক্লা পাউনা চেনবদি
লিনচেন ভিংখং নাইবনা
য়াইথীনয়ে দে।

পূকনীং অপাম লাংশেম্বা
শমু মীমাঙ্গলম থাখিরে
খঙ্ক ও দে।

লাইবু নীংবা নিপান্না
পোনবী লাংখঙ্ক পান্দমগুম
লাইশোয় দে।

তাইবঙ পানবু পাম্মুইএ
ঈকাই খূথী লাংছদা
তনগুনো দে।
চামা য়োনবু চারিদৈ
লৌশিং লাংথক রাক্লবু
তোগুনো দে।
নমু পুকনীং থুংফদে।
নোংদম মতুং ইন্নদি
চৈতৈজনে দে।
শিনয়োম ফুংগী ইরকপা
কোঙয়াং রা-ই ইরকপা
খেৎফরোই দে।
তাইবঙ ইরেন পুংশিবু
লাইজা ইরৈ চনগুম্মে
খঙঙমদে দে।
তাল্লোয় ফুংচান রাক্লনা
খোংকৈ চীরোন চন্নদি
লমদাল্লে দে।
পারি থোজান রাক্লনা
রাকয়ৈ তিনম তনগুম্না
থোঞমলো দে।
চীংখোঙ খুনৌ তোংলিদৈ
খোইমোম লাইবু নীংববু
কাউগুনো দে।

অাইবু পানবু হন্নানবা
হৈনা খৌভিং ফাজেং।
কল্পকএ দে।

চৈরৈ ফিনৌ শেংলিদৈ
য়াথং হুংওন য়াম্বু
পাওমেন ন দে।

কোরৌ ভমথা লাংছুনা
য়াওবন ভেন য়াইরকপবু
খওলোয়রোই দে।

মালং য়াইবী য়াহৌনোং
লাইজা ইখিন ভোকখিবা
খামগুমদে দে।

শিদনা পানবা নভেদা
মীকা হুংলাও য়াম্বু
নীংগুনো দে।

লোইদাম কুমনৌ উবগী
হম্ কুরুক চনবনা
হুংওল্লে দে।

কুমচীন লৈনৌ য়েংছুনা
মাল্লৈ মরেং চনবনা
মীকপলে দে।

মপন নোংজুম পাল্লিদৈ

লাংচেং মখোক লকপবু
নীংশিংলুই দে।
শীংলেন লৈবু চিনহৌবা
লুজা শক পামলিকৈগী
মুংওল্লে দে।
ছপনৌ লেংলেঙ হৌরকলে
শজীক য়েন্নৌ কাবনা
কুমহৌরে দে।
লৌরাম শীংমারেং অতেংবা
তরা চাতানলোয় শিংনা
লৌতারে দে।
কাওরেন নিংথৌ মিংথারাউ
মানবী হরে হোইন'দ
লৌ কুমলে দে।
য়োয়বনাই খুৎলঙ নূরাবী
য়াংতৌ লোয়বু লেংতিন্না
লৌতারে দে।
পুন্নুং মাঙবু শাৎমরোয়
খোয়নৌ মাইফাং লেংমান্না
লৌয়াল্লে দে।
তেৎনৌ য়োৎলৈ নোংখাঙকুপ
লময়ায় তীলোং লাইশ্রাবী
শানফোঙলে দে।

মালং হুম হুমলকপদা
মোমু খুৎলং তেরানশৈ
তেঙবাংলে দে।

চীংয়া নোংহৌ পূকহুরে
তময়া শাস্ত' উবদা
হুংনৌরে দে।

লাংনা ইনা শিহুনা
খোয়মা লাংতোন লেঙনদি
নীংথিরে দে।

লোকয়ায় হেনমোই লৈহুনা
লোকলৈ শনচী খোংনদ
লৈকাওরে দে।

চীং লৈপানবু য়েংহুনা
উনবী পূকনীং চাক্লদি
হুংনৌরে দে।

চানীং লমকা থল্লকলে
য়েংনাং মিখে'ঙ লোনবনা
হুংঙাইরে দে।

পাখং অঙেংবা শিংনা
ভানবা লৈতোঙ লেপ্পদি
হেম্নৌরে দে।

নূরা খম্বাল মানবীনা

চৈরৈ কিনৌ শেৎনবু
নৌহৌরে দে।
থিংপা চোমনা নৌহৌরে
মারাম চোমনা মায়পানবা
চুনয়ে দে।
পাখং খেনীং লমসংতোং
লাংবন তৌদ্রি খোংনদি
পাউতোয়রে দে।
নুরা পনম হেকমাইকা
রাকমা খোনমান শকুদি
মুংঙাইরে দে।
হৈরাঙ লোঙচুম পাল্লকলে
চেকলা য়োমদম পৈনদি
ঙাওনৈরে দে।
তম লৈপানবা লৈশিংনা
মালেম লৈমায় শীনদি
পাল্লকলে দে।
লৈনম উনবী পুকহুরে
থাঙডা কৈরোয় ঙাম্নদি
নোংশারে দে।
নোংলেন ঈনৌ তাবদা
লাইজা ঈমায় চোম্নদি
নীংথিরে দে।

থম্বাল লৈরোং হুল্লকপা
থরো নুঙ্গাং শাববু
        য়েংনীংএ দে।
শংনৌ মায়কোন নানৌহুন
মপান হোইতোম মানবনা
        নীংথিয়ে দে।
য়োয়পা লৈমা লমওকলে
কোন্দোন ঈরাই ভানবনা
        চুনয়ে দে।
কাওরেন মিৎকোয় মিংথোংলৈ
শনমিং ঈরাই থিংনদি
        পাল্লকলে দে।
য়েনশম ঈমায় খুমলকলে
চংনিং খুমু শানদি
        হুল্লকলে দে।
য়েল্লী মতং লামলকলে
লাইজা ঈরোয় ননদি
        লৈফাওরে দে।
য়েম্না খুবোম শাবনা
লাইজা ঈমায় খিংনদি
        নীংথিরে দে।
হৈকক নারেং হৈরাংচান
ভাউজীং মপুং ফানদি
        চাউরকলে দে।

থংজিং কেপাক পানববা
লাইজা ঈদা কাওনদি
কিংনাইরে দে।
তীংই নাউসং ঈরুপলে
ঙাম্ব খেরাং থাংনদি
ঈকুরে দে।
থারা নাকুংঙা 'চেকয়ামপাই
পোনবী উরেন খোংথৈবা
সুংওয়ে দে।
পোনবী চাক্তা নরকলে
থংগোং ঈরাই ঙানববা
নীংথিরে দে।
লেমলৈ ঙামোং চাউরকলে
শনম্বা কুমপো কানদি
কুমশারে দে।
ঈরাই ঙানবা লৈশিংনা
পাংয়ায় কোনশাং থম্নদি
পাম্লকলে দে।
চীং লৈপান অপকশিংক্বনা
নাপোম চীংলাই ঙাম্নদি
নীংথিরে দে।
উতোন ঙানবা লৈশিংনা

খেমসা উকৈ লোয়নদি
নোংশারে দে।
লৈরোং মঙান নাইবদো
খোইমোম লাইদা কৎনবু
লনশানয়ে দে।
লাইগী লৈমন চিনবদি
তাইবঙ মখোই তোংববু
তানফংএ দে।
কুমপা য়েং শুইনবগী
লোইদাম কুমজীন হৌরকলে
মুংওল্লে দে।
নোংতা লায়োন হল্লকলে
লাইরা নানৌ চোংবনা
পূকহুরে দে।
লৈগী তেনবুম মঙামা
ঋতু চৈরোয় নবনা
কুমহোরে দে।
খোইমু হুকার চৈরোয়না
লাইনা পাম্বা লৈত্থনা
পুকহুরে দে।
কুশুমলৈ লীরুং তেনপাম্মি
পূকনীং খোয়খৈ তায়েদা
খাঙতমদে দে।

খোইমু ইনবা লৈশিংনা
মালেম লৈমায় শীনদি
পান্দমল দে।
মালং য়াইবী তুরেনৈ
লৈরাং য়ুমজঙ লৈহুবু
ওন্থোকএ দে।
চকলৈ তুহুং লীরোইনৈ
লাইজা তোমশাং লৈহুবু
মুংওমে দে।
লোকলৌ লীকলা ইপুরৈ
কেকি ওংলৈ লৈহুবু
নীংখিরে দে।
নোংতু খৌরী লীচিংলৈ
লীংলেন লৈরম তরেৎমা
পূকহুরে দে।
অরাং নোংখোয়রেন তূপু
তুবী তাওজা য়াইহুবু
পুরুমগে দে।
লোইয়ম নোংবান খৌগ্রাউজমচাহুনা
গুরু পাউতাক মতুংইন
হেপলি নাতৈ থিনদি
লেংজরে দে।
য়াকমা শৈদমপান 'সিনা

পুনশি ঈরান লৈহুবু
কোল্লমগে দে।
চীংথং লাংনা পাংবরম
হয়া হয়ি চানগেদা
হয়ানে দে।

---

## লৌতা ঈশৈ

হোইরৌ হয়া হোইরৌ হয়া হোইরৌ হয়া
হয়া স হয়া স হয়া স
য়িং স য়িং স য়িং স
হে হে হে হে হে জুপ।
লমলেনমদা হেয়ি ও,
মদাইমদা হেরি ও,
কংলৈয়োন্দা হেয়ি ও,
পুংময়োন্দা হোয় ও,
য়োয়ময়াইবু হেয়ি ও,
তাউরোইনাইবু হেয়ি ও,
তাউরোইনাইবু অঙানববু মালেমথৈবু
লাংজথৈবু সনাতোনবু খোম্মদোনবু
থবিশেলোইরেং অপানবদি লৈজহনখিস্রনো।
হয়িচকচৈগীবু হোয়ি ও।

চীংঙু খোইমোম লাইরিংথো

মালেম লৈশেম্বা নঙ্গা
কোরৌ নোংহৌরকপা নঙ্গা
নশানৌ খোইমোম লাইরেম্মা
মালেম লৈহৌবী কোরৌনোংহৌবীগা
খোইয়ম নতৈ ননাউনা
মালেম হৌৈঙগী লৈগহৌৈঙগী
হেয়ি ও।
কোরৌ হৌৈঙগী নোংগা হৌৈঙগী
হেয়ি ও।
শারেন নোংশা খাংবৌবনা
অরং ফাইএ।
পানবাকৈনা ভিতি ফাইএ
হেয়ি ও।

খারৌনা পোপু ওই,
লিন্দুনা কাঙজে ওই,
নারিন্না লুমলি ওই,
লিনখাকনা রায়খুমিং ওই,
তুংবুননাউবুন্না য়োংথাংলি ওই,
তাংলৈনা য়োচ্চৈ ওই,
খৌনাইবনা লাঙ্গোল ওইএ;
ঙৌনাইবনা য়োংথোন ওইএ,
থেংগুনা লোঙখুম ওইএ,

লিলহানা চৈবুল ওইএ,
অরৎ হাগা শোন
ভিতি ওমগচিংনা খাৎক্লে
লোখোই হৌরকৌওগীবু হেয়ি ও।
চীংগু নকুম কুমগাউদা
নথা থাজা ৱাকাউদনা
হেয়ি ও।
খোয়ম লাইবংথো লেংগফাং
য়োয়বু লাইরুনা লেংগতিন্না
লাংলেন কোওয়াং ৱাককোন
থোরৈ নীং তুম্বা
ভেৎনো য়োৎ ফাকপবু
য়োৎলৈ লোংনা ফান্না
খাৎক্লে লোতা হৌওৈগীবু
থাজ ৱাকাউদনা হেয়ি ও।
খোয়ম নতৈ ননাউনা
চীংগু নকুমতম্ব ফংলকলবগী
খোয়ম নওগী লোইদামকুমদমলোসিদা
চীংগু নওাইরোইবু লেংনফাং
খোইয়োম নহিশাংবু লেংগতিন্না
চীংগু নরম্ব খোয়মনমাইবা
অশৈলোতা য়োইরেনলোতা অনীমনা
হাওশি ওমগা চিংনা

লমু মীপুম মঙা
থাৱৈ়ে য়োংস্থু মঙানা
থাবী লেংনা তিন,
অমাঙ্গ লাকলো শিন,
অশৈ থোঙফাং লেংনা
পোইরৈ খুঙ্গা হুপ,
ওয়ুম নাইক্কা তিন্না
য়োংলৈ নোংথাঙ কূপ
মালেম লৈঙাঙ মপানফোয়,
থৌরী লৌশাং তোঙ্ক
তেংপাক লাল্লু শা,
চাক্ক নোংগা ফৌ,
পোরোন মতা শম,
কাঙ্গেং মক্ক তূপ,
য়ুপা খুমন ঙান,
য়াংদৌ মনৈ শম,
রাতি থোক্কাই তূপ,
লৌরী শুংদাই য়ান,
পীরেন মচী থোমনা
থাৱৈ়ে ঙম থু লে।
খোয়ম লাইয়িখোঙ হেয়ি ও।
চীংঙু খোয়ম লাইয়িংখৌ
য়োয়বু খোঙ্গমোন লাইরেম্মা

খোম্নম নতৈ ননাউগী
খাল্লে লৌরেনবা অসিবু
লংমাই চাইজি লৌরেন পাকপা
লোইদাম কুমদম লৌসিবু
লোইদাম ময়াই কা
চীংঙু নকুমতম্বু ফংলকলবগী
কেগে মোইরাংচাদি শিদফৌ
নোংয়ার খুমনচাদি নাদফৌ
নোংবান লোইজা য়াংবা
লোইমোম ফৌরম তরেৎমনা
মালেম লৌপাক মনমশিনা
খাঙথি চোইনা লং,
য়ামজেং লৈকুশশিরসিদা হেয়ি য়ো।
চীংদু খোইমোম নরনকু
পোইরৈ মীপুম্মবু শেন্দা
রাঙম তেংথৌ চিদাইনাইদা
খঙঙি মপান ফানা,
লোইমোম মচৈ চুম্ববু লনকুবিরম্মো
খোয়ম লাইরিংপৌ-ও হেয়ি য়ো।
চীংখোং ইপুমনাই ওক্লবা
লীকলু থম্বাল লাংজেমসে।
ইপারি ইমোম ওক্লবা
কৌথা কাওথুম তাঞ্জেমসে।
হেয়ি য়ো।

চীংঙু নরম্ব খোয়ম নমাইবনা
চীংঙু নতিক অরুববু
তেংথা ঙমদে হায়বগী
চীংঙু তাথিবিগুনো।
খোইয়ম অরাই লাংন্গিুনো।
কাওরেন শস্তোন্সাবা মিৎয়েংনবিগুনো,
পোংথো লাবা মিৎয়েংনবিগুনো,
অথিদি অথিনও তেস্থিও,
অরাইদি অরাইনঙ লাংবিও,
চীংঙু খোইয়ম লাইয়্রিংথোও
ইয়ু মুংবান কোকনেম লৈপুন্সিবু
তাংজা মুদা থোংনা
কোনশিল্লমগে হেয়িয়ো
হোইরো হয়া হোইরো হয়া হোইরো হয়া
হয়া স হয়া স হয়া স য়িস য়িংস য়িংস য়িংস
হে হে হে হে হুপ হে॥

---

# নোংথাঙ লৈমগা হারাবগা পাউশানবা

শুন তরঙ্গী মথক্রা
মৈরাগী মশক কুমনা
ঙান্নশানা লৈরিবী নঙবু

পায়মা ঐনা মুংচঙবী
তিল্লাং খোয়দাবীবু থোকলরে,
পেম্মা নঙবু কনানো ?
হোয়দা হে নাহাবা অপিশা
লৈকু মরুম খোইচোম্মা
লৈরাই মরুম খোইহাইবা
লৈতুন হুন্না পাঁশবা
ইপল পুল্লা কায়রেদা
পুল্লা লুরোন কায়নবু
শিংমিরোইবু হায়নরা
ইপন্নবু হায়দ্রেনে, শিংলমলো ॥
পেম্মা নংবু হুন্দেদা
লৈপাক শঙদ লৈবী
কোরযান্দা ফমচুনা
মনম নোংশা য়াঙবী
চোন কাংদোক্ত শিবীবু হুনবনে ॥
হে পেম্মা নীংথিনবগী
খিং খিং লৌজসে
পান্না লৌজসে ।

হে ইবুং নাহাবা-গ
য়াওরোদগী শঃ ইনা
মচী কেক্রু খোঙকরি
ললহাংপুংগী ক কইনা

মনা হুমাই শাদরি
তোকফমদগী ঙমুনা
খোইজু তিল্লোং চিন্দরি ;
কোংবদগী ঙাখানা
চেঙোই কানক নাক্তরি,
শূকনা মহৈ য়ান্দরি,
য়াংকোকনা মপান শাত্রি
নোংমৈ লৌজখিয়ো।

# লাই পাখং লাইনূরাগী পাউরৌশৈ

খিং খিং কৌজসে
পানা লৌজসে।
য়াওরৌদগী শঙাইনা
মচী কেক্রু খোক্তরি,
লনহাম্বগী কাকফৈনা
মনা হুমাই শাদরি
তোকফমদগী ঙমুনা
খোইজু তোল্লোং চিন্দরি
কোংবদগী ঙাখানা
পোল্লাং কানক নাক্তরি ;
নোংমৈ লৌজরো।
হুতাখোয় চারাখোয়

শগোল চেনশে লাঞ্জেনসে
উরান চীংদোন লোমলুসে।
খাঙলা পোৎপু পুরুসে ;
লাইথরোই চাকখাঙনসে
হৈতুপ পীতুপ পীতাইমু
পানা তল্পাইমু।
শগোল তোংবা কাইরংবা
নঙবু তোংবা য়াঙদেদা
লমগী পানা খোঙখাংবী
নঙবু শাযনা ঙাঙদেদা
ইমিং ইমাঙ হাইরোনা
খুবাক হাইরোনা
হংচে কোল্লো।

## হোইরৌ হয়া

আ হৈ হে হোইরৌ হোইরৌ
হোইরৌ হোইরৌ নগে সে।
\+ + +
আ হৈ হে হৈয়া হয়া
হয়া হয়া নগে সে॥
\+ + +
হো হেই হা হা হা

হোই হোই হা হা হা,
হেরিল লিল্লা হেরিল্লা
হায়ুতে . থূনলাইতে
হয়া হে হয়াহে
'হুবুথোইনা হয়াউবা লৈবরা ?
*লৈবনে তা হৌ
হৌ হে হৌ
হয়া নগে দা ॥

# ৱাহৈগী অর্থ

## অ

অচেনখংলৈয়াওনা—য়াম্না কন্না চেন্নুনা।

অপিশা—অপিকপা, চাউদরিবা।

আস—ওসি।

অসি নোংলেন নোংজাদা—ওসি ফুমিংতা।

অহেনবী—অথোইবী।

## ই

ইদাইরেম—ইনাই।

ইপাচা ইয়েন্নু—এগী ধারা নালা।

ইশাবি—ইয়াম্বা, ইবুং।

ইয়ু—ইবুধো।

## ঈ

ঈ—ঈশিং।

ঈনফু—ওা ফ'নবা ঈল।

ঈফুংওাল্লে—নোংওাল্লে।

ঈন্নং শোয়য়ায়মদা—অহিং নোং য়ায়দা।

ঈফাই চনবা—ঈশিংনা লাকপা।

ঈরাম্লকপ'—ঈশিং লাম্লকপা।

ঈল্লেন—ওা ফানবা ঈল।

## উ

উনবী—পূকনীং, চক্কম।

উনম—পাংশোয় খূনগী মনীং মোইরাং লাইহজি ওইরপ লৈবা খুন অমা।

উরান চী দোন—নোংমাইজীং চাংগী চীশা অমা।

## ঊ

ঊশা—শীং।

## ও

ওখি—ঈশিং।

## ঔ

ঔগ্রী—লাইরোন ঈশৈ অমা

ঔবী—খোরী।

## ক

কংলৈ—শূনাঙ, কোঙ্গুং।
কজেং—খাঙ, যোং।
কাইরৈ—য়েন।
কাসা—লাই।
কিয়োং—লাইশঙ।
কুবিও—চানবিও, পৌজানবিও।
কুমজা—চহী।
কেগে—মোইরাং।
কোংলৌ—শারন।
কোওয়াং—রা।
কোরৌ—নোংদোন, অতিয়া, ঙুমিৎ।
কোরৌ নোংদোন—অতিয়া।
কোরৌ নোংদোন—অতিয়া।
কোরৌ নোংহোৎরকপা—অতিয়া শেমলকপা, নোংদোন শেমলকপা।
কোরৌহনবা—ঙুনিং।
কৌবা চীংঙ্গেন নোংগশোম্বরবদা—নোংঙাল্লবদা।
কোরৌ নোংলুপান অঙৌবা—লুপা

## খ

খমঙ্গুং—অশিবগী লৈপাক, যম।
খমনৌ—নৌ।
খমলৈ কুম অমনতা—শিবা।
খমলৈ কুম্বা—শিবা।
খাকপা নিংথৌ—সোরারেন।
খাঙতপ—ভংখায়, চবুক।
খাবা—উন।
খাবী—মাইবী।
খাম্বী—মৈ।
খুঙ্গা—লাইফম খাবম পানা।
খুবাকতিল্লাইমেনবা—খুবাক্তা তিন থাকপা।
খুমু—নৌ।
খুরুপমানবনচৌবা—শগোল খুদ্রুপ থৌবা।
খেঙ্গো—লাই হরাউবদা শকপা ঈশৈ অমা।
খেরে—খাঙ তা মখোক।
খেল্লাই—লাইবক।
খোইমোম—লাই, চীংঙু।
খোইরা য়াল্লকপা—হৌরকপা।
খোইয়ুম—লাই।
খোংথুন তংলে—খোঙ্গুন মুংলে।

### ঙ

ঙাইরোইনবা—লোয়নবা।

### চ

চকযোম—মৈ।

চানা—নাপী।

চামলৌ—লা।

চিবা—উচি।

চীংঙু—লাই।

চীরেন তোম্পোকপা—মচী

নামতা পানবা।

চুথবা—লায়রবা।

চেকলা—উচেক।

চেঙচা মায়ঙোতানবা — চেঙ

চোইবা।

চেংলৌ—মিৎ, শক।

চেংলৌ মিৎথিৎপা—উবা।

### ত

তন্দুম—তন্দন।

তনবা—নিপা।

তনবা মীথনখাই—অথন্নবা

অথোইবা মী।

তরঙ লাইজা—পি।

তরঙ লাইজা মরাঙহৌবা—পি

ঈর' চেনবা।

তরা—চাক, চেঙ।

তল্লা—উ।

তয়ম—মনাই।

তাইদনলৈমা — লুরাং নিংথৌ

পুন্সিবগী নুপী।

তাউঙ্জীং—হৈ।

তাংজা লুদা থোংনা— কোক্তা

থোংনা।

তাংম'—মতাং অমা।

তা লৌ—মতম।

তানফ লে—ফ লে।

তালোয়—মতু।

তিমেন—তা।

তেংনৌ—যেংৎ

তোংজেং—হি।

তৌ থাপ—পোলাং।

### থ

থংলেম—মর', মপুরোইবা।

থবি হান্না উবা—মুমিৎ থা, মশক

উবা হানবা, চহী হনবা।

থরৈ চমোইবা—লুরাং নিংথৌ

পুন্সিবগী মতু ঈরেম তাইদম

লৈমগী মপা।

থাঙডা— লৈকাই।

থাঙলেন—থাঙ।

থাঙয়ি—ফৌ।

থাঙয়ি খোংজ্রোম্বা — চে লৈগী নিংথৌ অমা।

থাক্সা—থা।

থায়াঙ কোন্দাইলোনবা—থৌনা ফবা।

থিংবাই নিংথৌ পাউহনচেক—ক্সাক।

থিংজৌ—অফ'বা শা

থোইকোইবা—অথোইবা।

থোইখোইবা—অথোইবা।

থোংনাং— মঙাং।

থৌতিকখোন · য়াথং, হ'য়রকপা রা।

থৌদাংকোক—মীনাই ( মীনাইদি লৈবাক্কী নিংথৌগী লামুপ কাব-নচিংবা মথৌ পুদে হায়দুনা থৌদাং-কোক হায়রিবনি )।

থৌহু—নূং।

ন

নদাইরেম—ননাই।

ননোংয়ায়—নশূ।

নবিংঙা—নখোঙ অনী।

নমু—মী।

নমুপোং—তাইবং মী।

নরলকু—নখৌঙান।

নশানৌ—ননাউ ইবেম্মা, ননাউ-নিপা।

নয়ু—নবুখৌ।

নাইচা—অহল্লুপ নাহারুপ পানা।

নাউনৌবা—পোকপা।

নাউরা—অঙাং।

নাউরা নখুডৈ—অঙাং ওইরিডৈ, পিকলিডৈ।

নাউয়োকপা — অঙাং য়োকপা

নাতৈননা—মনাক নকনা।

নুংবান—নুরাং।

নুংবান চনু—নুরাং নিংঙোন।

নুজা—নুপী, নুপীচা।

নীংখনখিয়ে—মপূক্তা খনখিয়ে।

নীংখল্লবগা—খল্লগা।

নুবৈশঙ—নুপী ময়াম পৈদুনা লৈনবা শঙ।

হুমিৎ মতাং তেনখরে— হুমিৎ তাগদোরে।

হুমিৎ হান্না খত্তেজ—চহী হল্লে।

নুংনাংকাউথ্ব কোন—অ'তয়া, লাইরৈবাক।

নূরা—নুপী, নৈশাবী।

নূরাবী—নূপী।

নূরাহোনা—নূপী ময়াম হৌনা।

নেম্বী - শী নাং।

নোইন্থ—থুং।

নো জা—হুমিৎ।

নোংপুম খুঁদিং—হুমিৎ খুদিং।

নোংমংরাই—শিফম।

নোংয়ায়— খুমন, অদোন।

প

পনওমখিবা— নাম্থে ক্রুনা চেনখিবা।

পৈরেলানগা শাবা--লান্দা ফাবা মীবু পুন্দুনা থম্বা।

পলেম—মমা।

পলেম মমা পোকমাবী— মমা অপোকপী।

পাচা—শাগৈ শলাই।

পানগলাকনা—মপান্থোম লাকনা চিংডুনা।

পানবা—কৈ।

পাণ্ডু — হাস্তনাপুরগী নিংথৌ অমা, যুধিষ্ঠির, ভীম, অর্জুন, নকুল সহদেবগী মপা।

পাথৌ—মরুপ, হৌমিন কামিন্নবা লোংগাগী মী।

পার্থ - অর্জুন।

পারি—মচ নিপা।

পাশোয়—লাংজাং চংগী মনাক্তা তাবা খুল অমা।

পায়মা লৌশং।

পায়মা পিবুকম্বুংদা— মপুকনংদা।

পিরেমথক্কমাতানা—মপিতানা।

পুচা লুক—থুম্মোক।

পুম্বুং—কফু, মরেপ।

পুরুমজগে—খুরুমজগে।

পুরুম্বা—খুরুম্বা।

পোকরৈ —মৈতৈ।

পোইরৈপুং—মৈত্রবাক।

পোকমাবী—মমা অপোকপী।

পোং—মী।

পোনবী - উচেক।

### ফ

ফম্ব'ল্লাং—গাদী।

ফেন্দিন—খুংলাই মখল অমা।

ফৈরা তাঞ্জীনথক—তম্পাক।

### ম

মহন—মতিক, মগুণ।

মভুম—যজ্ঞ।

মভুমশা—যজ্ঞগী শগোল।

মঙাং গুরু চাকরায়রে— ঙমিং থো'রকলে।

মচৌহেং মরাই লাংনা—মায়থোং মকাপাম্না।

মচেঙ ক'হরৈ—য়েন।

মতৈ—মতৈম'

মতৈ লৈমা—মতৈমা লৈমা।

মদোম—নতোমদা।

মপল—মপা, মমা।

মপ'তাউ—মরূপ।

মপাতাম্বা—লাম্বা লৈতবা।

মপারি—মচা নিপা।

মমান মচা—মরা, মপুরোইবা।

মনোম—মচা ঙুপী।

মরানয়ায়—ময়ুম।

মরুম্বী—মতৃ।

মরোং—চুং।

মশাবি—মম্নাম্বা, মরা মপুরোইবা।

ময়িম—ময়ুম।

ময়ু—মবুধৌ।

মানবী—শল অমোম।

মালং—ঙুংশিং।

মালেম—লৈপাক, পৃথ্বী।

মালেম লৈদা—লৈপাক্তা।

মালেম লৈম্না অঙাঙবা—সনা।

ম'ল্লো—ফি।

মিকপখিয়ে—কপখিয়ে।

মিকপলে—কপলে।

মিংকোয় লাইজা ঈকম তাউনা —মমিংতা মপি ঈরা চেন্না।

মিংয়েং শানথৈরিভৈদা—য়েংলিভৈদা।

মৈত্রেম—মৈতৈ লৈমা, নৈতৈগী মহারাণী।

মৈদিঙু—মৈতৈ নিংথৌ।

মোইনীং কাঙনা—খুনিং কাঙনা।

মোংবা—য়ুম, ভুরেন।

মেংবা মরানয়ায়—ময়ুম।

মোমঙ্গু—নুপী।

## ল

লমওক্লবা—ওক্লবা, থেংনবা।

লমচনবা—লম লৌশিনবা।

লমদাং—লম্বী।

লম্মুক্লরবগী—লম্মাংনরবগী।

লমলেন—লমদম, অথোক্টবা লম।

লমলোকপা— লম লৌশিনবা, লোইচনবা।

লহাল্লোং – মমাউঙ।

লাইজা—ঈশিং।

লাইরেন ইষুং ঙানবা—নোং ঙানবা।

লাইরেন নোংজা—মুমিৎ।

লাংগোই—লগোল, শামু।

লাংগোই মওমশা—যজ্ঞগী শগোল।

লাংজৌং—ইম্ফালগী নো চুপ্পা তাকয়েন পাৎকী মনিংদা পাশোয় খুলগী মনাক্তা লৈবা চাং অমা।

লাংলেন—রা, মচা মুপী।

লাংলেন শোইরেন - উংনৌ।

লাংহৈ—চহী, কুম।

লান্নু—য়েক্লবগী কোক।

লিল্লা—লিন।

লীকলাইরেন—নিংথৌরেন।

লু—কোক।

লুদা থোংনা—কোক্তা হাপ্পা।

লুগা নাউগা—মকুগা মনাউপা।

লুবক কাঙদৈখি থৌনাউ লেম্বোং লেনবা—মগুক ককপা।

লুরাংখি কমেং অমম্ভু লমদেং খুল ফাওত্তুনা চেল্লকলগা ইরোং-শেমগী ঈরোঙদা নম্ম ন্দা ঈতিল্লবা তুরেন অমা।

লেংনা তিনবা—ময়াম তিনবা।

লেমলৈ—ঙা।

লেমলৈ ঙাহা তানবা—ঙা ফাবা, ঙা থিবা।

লৈ—ট্রলপাক।

লৈভাং লৈগুম্বা – লৈ অঙ ঙব-গুম্বা।

লৈতোইচনবা—শী জঙনা য়ানবা।

লৈরাং—লৈ।

লৈরাং অতিংঙাবু ওইরে—অরেম্ব তারে, কান্নদ্রে।

লোইজীং—মণিপুরগী নোংচুপ্তা লৈবা চীংজাউ অমা।

লোইদাম—থা।

লোইদাম থাজা—থা।

লোইমোম—ফৌ।

লৌরাই য়ুপুংকোই য়ুনারেক চিবা পাউনাইদবা মৈশাংবা—উচি।

ৰ

ৰাকৈয়ে—হি।

ৰাকৈয়েলু—হীরুবাক।

ৰাকাক—ৰারুক্রাক, লুক্রাক।

ৰাংঙম—মৈতৈ, পোইরৈ।

ৰাংথোইএ—ৰাংবা তেল্লে।

ৰাংবন—অতিয়া।

ৰাংবন লাউথরকপনা—নোং তারকপনা।

ৰা চানদবা—হায়বা য়াদবা।

ৰাচুমস্তনো—লাই রায়েন তৌসনো, ধর্ম্ম বিচার তৌসনো।

ৰাচুম শূবা—অচুম্বা ৰা হায়বা।

ৰাপী হাইবা—ৰায়েনবা।

ৰায়রা—তেন।

শ

শঙদিং—ইয়োং, ফি।

শঙদিং লাল্লৈ থেমনা—শাপোৎ লানপোৎ শেক্তুনা।

শঙলাংমৈ—নিংথোগী কি শেংনবা শঙ।

শমলাং তরৈননা—মশম পুন্দুনা।

শমু—হকচাং।

শয়েং—পাম্বোম।

শাত্তরিয়ে—পোক্তিয়ে।

শান্নঙস্বা—শান্নরস্বা।

শানৌ—মনাউ নিপা।

শাল্লোল্লক্লবনিনা—ওল্লক্লবনিনা।

শীং—লুমিৎ।

শীংজঙ লৈতোইচনবা—শীংজঙনা ষ্নানবা।

শীংলেন—লৈ।

শিনয়োম—গর্ভ।

শেনবী—ঙৈৰা, কবো।

শোইরেন হুল্লকপে—উনৌচোংলবলে।

শোংকিরে—কিরে।

### স

সঙ্কান পান্দম য়েংনা — মপা লাকনা।

সেকচুম ঈ—চেম্থরকপা ঈশিং, তাথরকপা ঈশিং।

সেনা—( সং ) লানমী।

### হ

হলর ইরকএ—হল্লকএ।

হলরাইরকলবগা—হল্লক্লগা।

হয়িঙৈদা—মমাঙৈদা, থায়না।

হাওকুমমান মচা—য়োইক্রুমলোন কোরৌ খোংজোমনুবী তরুক্কী মথংদোন ( ফরা ) তরুক—১। হাওকু অতাম শোয়শেনবা, ২। হাওকুগা হুইরোকরানবা, ৩। মুখুম যাইশি লোই, ৪। হাওকু পাখং, ৫। হুইয়ু ওক রানবা, ৬। লুফুই নাপ্পা।

হাওরৈ—মায়গৈ।

হাওশিঙমগচিংবা—লমচিংবা।

হিজিগাং—হি থম্নবা শঙ।

হুমদোন—হুংশিং।

হুমাংলোকয়িচেম্না—হুনাংতানা।

হুয়েন—লান।

হেম্বা—হাও।

হেম্বা মুবা পাউহনচেক—কাক।

### য়

য়াই—মৈ।

য়াইথোঙ রায়েনবা — অশিবগী নিংথৌ।

য়াইথোঙ শীংদা চল্লিবা—অশিবগী খোঙদা চল্লিবা।

য়াইবী—থরায়।

য়াঙজরে—চাথোকলে।

য়াঙরৌ—শা।

য়থী তান্না—চেঙ চোইদুনা।

য়ারেন খোঙউথ—য়া।

য়'রা—খেংজেন।

য়োইক্রুমলোন—লুরং চমু।

য়োমলোন হৌবা—ময়াম হৌবা।

য়ো'য়মন্নাই—হুমিং।

য়োয়ময়াকনা চুপাথবা— হুমিং তাখিবা।

য়োয়মন্নাই লাইরেন তাউরোই-নাই—হুমিং।

# অরানবা চুমথোকপা

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১৩ | ২ | লাংজিন | লাংজিং |
| ১৭ | ৪ | খেঙেন | খোঙেন |
| ২০ | ৭ | হায়রকস্লে | হায়রকলে |
| ৪৬ | ২ | থোংবানবাইমা | থোংবানবাইনা |
| ৫০ | ১৯ | কিষ্কন্ধ্যা | কিষ্কিন্ধ্যা |
| ৫১ | ৭ | পরিক্ষীৎ | পরীক্ষিত |
| ৫৪ | ৯ | লোইরাং | মোইরাং |
| ৬০ | ৮ | নায়েং | নরেং |
| ৬৩ | ৫ | চাংহাউ | চীংহাউ |
| ৭২ | ১১ | থোংনদ | থোংনদি |
| ৭২ | ১৭ | য়েংনাং | য়েনীং |